( With the help of Govt. of Manipur in the form of
book publication Grant. )

# দি
# মাইণ্ড ওফ মহাত্মা গান্ধী

DEDICATED TO THE CAUSE OF
UNIVERSAL PEACE AND CO-EXISTENCE.

শ্রীকারাম বীরচান্দ সিংহ

# বামাঙ য়ান্নবা

করি করিগুম্বদা সাধারণ মীওইশিংগী মরক্তা অতাঙবা আত্মা অমমম চোংথোরকই; মখোয় অসিনা ঈশ্বরগী মরমদা হেন্না নুনা খশ্রুকরগা ঈশ্বরগী রাখল অসি হেন্না মযেকশেংনা চোংথোরকই। অওইবমক ঈশ্বরগী লমজিং অসি হেন্না থৌনা ফনা থবক ওইনা চংথে। অসিগুম্বা আত্মাগী থাউমৈ অসিনা মমলবা অমদ কাং-খোং চাইরবা জগৎ, মপাঙ্গল কল্লবা জহাজগী লম্বী তাক্লবা থাউমৈগুম্না চানলি। থমোয়গী থৌনা, শান্নাগী অকবা অমদি অকিবা লৈতবশিংগী খুনোক লৈরবা দুতশিংগী জান্তা গান্ধীসু অমনি। মহাক্কী পুন্সি অমসুং পাউতাক্লা teachings) মরম ওইদুনা, লৈবাক অসিনা যুগ কয়া লেপ্তুনা লৈবকইবা মগুণশিং—ব্রহ্মদা থাজবা, ব্রহ্মা অঙকপশিংবু ব্যবহার তৌবা, অশেংবগী ফজবা, পুন্সিগী তৌফম যোকপা থোরমশিংবু লৌবা, লমচৎকী শুচুম্বা অমদি জাতিগী নত্রগা অন্যজাতিগীসু ননো জগৎ পুম্নমক্কী ওইবা গুণশিং অসিগী সাক্ষী ওদু গান্ধী মশামক্না ওইরি।

লৃববা মতা দা মথৌ নীংথিনা পাঙথোক্লবা, শিনফম ওইনা রাজনৈতিক শান্নবা মীওই অমনি হায়না গান্ধীবু লৌবা কয়া অমসু লৈ। অমরোমদা রাজনৈতিক অদি শিনফম অমনি অদুগা রাজনৈতিক শানরিবা মীশিং অসি মতিক চাবা মওংদা প্রজাগী থবক তৌবা হৈরবা মীওইনি। অদুগা অমুকসু রাজনৈতিক

শানরিবা অদুনা মহাক্কী প্রভাবু কম্নবা, অমসুং ঈশ্বরদা ভক্তি লৈনবা, মীওইববু খুংশিবা য়াথল অদু মখোয়দা পোকহন্নবা হোৎনবা লম্বী খুডংবা মীওইনি। অসিগুম্বা মীওইশিং অসিনা সরকারগী অশেংবা থবক্তা মায়থীবা য়াই তৌইগুম্বসুং মখোয়গী অপুনবা থবক্কুদি মহাক্কী মরূপ-মপাংশিংদা থাজহনবদুদি মায়পাকপা ওম্বা য়াই। ঐখোয়না অধ্যাত্মীকি জগত্তা থাজরবদি—লাইরবা অমসুং থবক ফংদবা, লান অমসুং ঈ-নাই তাদবা জগৎ অমা শেম্বা ওম্বগী অচেৎপা থাজবা অমা মঙোন্দা লৈ। মহাক্না হায় "হয়েংগী জগৎতি অহিংসাদা যুম্ফম ওইবা সমাজ অমা ওইগনি অমদি ওইগদবনি" মসি অথাপ্পঃ পঙ্খুংফম, ওইথোকওইদবা ফিদম্নবা য়াবা রাজ্য অমা ওইনা উবা য়াই। তৌইগুম্বসুং মসি হৌজিক্কি চথবা ওমলবনিনা খজিক্কং ফাওবা ফংবা ওমদবা অমদি নত্তে। অতোপ্পনা তৌবা ঙাইকদনা অহিংসাগী লম্বীদা পুন্সিগী ওইবা তুংগী লম্বী অমা মী অমনা পায়খৎপা ওম্মী। অদুগা কনাগুম্বা অমনা মসি তৌবা ওম্লবদি, তোঙান তোঙানবা মীওইশিংগী কাডলুপশিংনা কবিগী ওমলোইদৌরিবনো? জাতি পুম্নমক্না করিগী ওমলোই? ঐখোয মীওইবনা করিগুম্বা থবক অমা হৌবদা তোয়না চিংনৈ। মরমদি উদ্দেশ্য অদু মপুং ফানা ফংবা ওমলোই হায়না মখোয়না খল্লি। পুক্লিংগী চিংনবা মওং অসিনা চাওখৎপদা খ্বায়দগী চাউবা অথিংবা অমা চপ চানা ওই। —মী অমনা মহাক্নবু নীংলবদি শেংদোকপা ওম্বা অথিংবনি।

গান্ধীগী পূক্লিংদি মহাক্কী মিৎয়েংদগী হেন্না রাংখৎলি। অদুগা জগৎ অসি সাধুশিংনা শেম্বা হায়বা মুংঙাইরবা চুমদবা রাপ্পল অমদা মহাক্না চৈশ হায়না আলোচনা তৌবমু লৈ। মসি গান্ধীগী মিৎয়েংবু লান্না উৎপনি। পুন্সি অসি ফজনা লৌরবদা শাংলবা অনীশুবা খ্বাইদগী অফবা অমনি; অদুগা "ফিদমনিঙাই" অমদি "ওইবা য়াবগা" চাশন্নহনবা অমনি কায়বা অসি মহাক্না খঙই। ঈশ্বরগী রাজধানীদা অনি অসি চানবা য়াদবা অমদি অখম্বা লৈতে। অদুগা পৃথিবী অসিদা প্রকৃতিগী মুংশি খঙদবা নিয়ম কয়া লৈ। মীওইবগী অপাম মুংশিদা যুফম ওইবগা মথং-মনাও নাইবা সংসার অমা শেম্বা তাই। হোংনবা অমদি অকুবা উপায়না, ফিদমগী মীওইশিংনা মসি মশক খঙনবা হোৎনৈ। অহিংসানা সভ্যতাগী আদর্শনি হায়বা গান্ধীনা খঙলবমু পাঙ্গলগী থৌনা ( জবরদস্তি ) শীজিন্নবা য়াই। 'মী অমনা অহিংসাগী থৌনা অসি লৈত্রবদি পাঙদবা মওংদা খুদোংথীবা থাদোক্লনা চেনবগী মহুৎতা হাৎন শুনবগী থবক য়োকখৎপা অদু ঐনা পামজে।" "জগৎ অ'স ন্যায় Logic) না পুবা পান্দে। পুন্সি অসিমক হিংসা মথল খবা য়াওই অদুগা হিংসাদা খ্বাইদগী হন্থবা ( তাবা ) লম্বী অদু ঐখোয়না খনবা তাই"। সমাজ কয়ানা চাউখৎপা থাক অনুমথক থেংনৈ :— অহানবদা জঙ্গলগী আইন লৈবা—মফম অসিদা হিংসা অমদি ইশাগী ওইজবা থিবা অচু ঐখোয়দা লৈ। অনীশুবদা—আইনগী নিয়ম অদুগা রায়েনশম, পোলিশ অমসুং বন্দিশালাদা মীচং মীথায়

নাইদবা অচুম্বা অদু ঐখোয়দা লৈ। অদুগা অতমশুবদা ঐখোয়দা অহিংসা অমসুং ইন্নাগী ওইজবা খিদবা লৈ; মফম অসিন্দি আইন অমসুং মুংশিবা থসি অমত্তা ওইরে। অকোনবগী অসিনা সভ্যতা ফংলবা মাওইঙ্গী পম্বুংকমনি; অদুগা গান্ধীগুম্বা মীশিংগী থবক অমদি পুন্সিন মসিনু হেন্না নকশিনহল্লে।

গান্ধীগী মতাংশিং অমদি রাখলনা লৌদা, থাংফাওবা ভাব তানদবা য়াম্না লৈ। মহাত্মাগী থাজবা অমাদ লমচৎকী মক-ওইবা নীতিশিংদা গান্ধীনা ইনকনবগী মোমজঙ্করপা ওইনা থোংনরিবা লাইনিক শাননা মহৌশাগী মহুমগী রাখলদা গান্ধীগী ফিবম অসি হেন্না মবেক শোংহনবদা মতেং অমা ওংগনি।

—বেনারস—

এপ্রিল ৪/১৯৪৪

এস, রাধাকৃষ্ণন

## হীরম লামায়

# ইশাম্মকী ময়মদা

## (১)

## সন্যাসিসু নত্তে পাপিসু নত্তে

সন্যাসি হায়বা মাহৈ অসি পুক্তি অসিদদি য়াওরোইদবনি হায়না ঐনা খল্লি। ঐগুম্বা য়াম্না হন্থবা মী অমদা ইমাং মাংনা হেক হায়বা য়াদবমখৈ শেংএবা মাহৈনি। ঐহাক্কি অচুম্ববু নোল্লুক্না থিজবা মী অমনি হায়না দাবী তৌই। মহাক্কী হেনজিনবা য়াদবা সিমনাশিং অচুবুম্ভ খঙই। অয়ানবা তৌই, মচু তৌবা মতমদা মখোয় অচুবু লানলে হায়না য়াবদা চিংনবা নৈতে অমসুং পুকচেল শেংনা মরাল য়াক্তে : মচুদি বিজ্ঞানিক অমগুম্না মহাক্না পুক্তিগী অহৌবা অমদি অরোইবা নাইদবা অচুম্বা থরগী ময়মদা চাংয়েং খরা তৌরি। তৌইগুম্বসুং বিজ্ঞানিক অমনি হায়না দাবী তৌবা, কাওবদি ঙমদে। ময়মদি মহাক্না মহাক্কী নিয়মদা বিজ্ঞানিকী চপচানা উবা য়াবা প্রমাণ অমত্তা উৎপা ঙমদে। নত্রগা হৌজিকী মতমগী বিজ্ঞান্না মহাক্কী চাংয়েংশিং অচু উবা য়াবা ফল অমুক্তা উৎপা ঙমদে।

ওইখোকপা য়ায়বা কাওবদা সন্যাসিশিংগী দাবী পীবদি ঙম্‌মল্লি। ঐ ইশামক মওং অমা নত্রগা অমদা সন্যাসিশিংগী

গুণ অমত্তা কাউদে। অদুবু ভাব তাদনা ইথৌ তৌথিবা অমসুং তৌহৌদবগী অরানবা কয়া লৈরবস্থ, এ অসি অচুম্বা ভক্তি তৌজবা অমনি হায়না খল্লি।

অচুম্বগী থবক (Policy of truth : সন্যাসি অমগী ফিজোল শেৎপা, রাজনৈতিক খঙবা মী অমা ঐদি নত্তে। অদুগা অচুম্বা হায়বসিনা খ্বাইদগী অরাংবা লৌশিং ওইবনিনা করিগুম্বা মতমদা ঐগী থবকশিংনা খ্বাইদগী অরাংবা রাজনৈতিক শানবা অদুগা মান্না লৈবা উই। তৌইগুম্বসুং অচুম্বা অমনি অহিংসাগী নীতি নত্তনা ঐগোন্দা নীতি অমত্তা লৈতে হায়না ঐনা আশা তৌই। ইরৈবাকপু নীংতম্বগীদমক নত্রগা ধর্ম্মগীদমক অচুম্ব অমসুং অহিংসাবু ঐনা থাদোক্রোই। অনি অসিগী মন্নুংদগী অমত্তবু ঐনা মনীং তমহনবা ঙমদে হায়বগা চপ মান্নে।

ঐগী পুন্সিদা ওয়-তৈনবা নত্রগা জ্ঞান তাদবা অমত্তা ঐনা উদে। মী অমনা মাগী মনমগন উবা ঙমদবগুম্না মহাক্কী অরানবা নত্রগা জ্ঞান তাদবদু উজবা ঙমদে হায়বা অসি অচুম্বনি তৌইগুম্বসুং অশিংবা মীশিংনা ধর্ম্মগী মীগা অণাওবগা তোয়না চাংদম্নে। মরম অদুনা ঐদি জ্ঞান মাঙবস্থ নত্তে, চুম্না ধর্ম্মগা মরী লৈনজবদনি হায়বা থাজবা অসি ঐনা কম্না কোনশিনজে। অনিসিগী মন্নুংদগী করম্বনা ঐনা চুম্বগে হায়বা অসি ঐনা শিরবা মতুংদা লেপ্লা ঙমগনি।

সন্যাসি অমা ওইনা ঐনা ইশাবু লৌদে। সন্যাসি হায়বা অসিদি য়াম্না হেম্না চমথ্রবা পোৎনা শেম্বনি। ঐদি ইশামকপু সেবাগী চম্নবা পুন্সি লেন্দুনা অমদি মরূপ মপ্যাং মজদুরশিংগা

অমংতা ওইনা। মরুপকী লান্দা হিংদুনা যুম পাইবা অমত্তনি হায়না লৌজে। মুংওাইবা অমসুং অকোন্বনা পুক্নিংগী থিবাদ অমা ওইরবনি, ঐনা লেনলিবা পুনি অসি মাঙা কোম্বা অমদি মুংওাইবা অমনি। লমাইগী নঙ-যুম তুংশিনবগী থজিত্তুং থাওবা য়েংশিনলুবা তৌদনা ঐনা দরকার ওইবা পুক্নমক ঐঙোন্দা লৈ।

ঐবু সন্যাসি অমনি হায়না খোনবীবদি অরানবনি। ঐগী পুন্সিদ লাক্লিবা আদর্শ পুন্নমক অসি মীওইবা পুন্নমক্তা জোবীনবা খুদোল তৌজরি। থরা থরা মপুং ফাহন্দুনা ঐদি মখোয় অদু ফংলে। থবক খুদিংমক পুথোক্কুনা থাইদগী কন্না নীংথিজনা নৈনবগা পায়থৎলমই। ব্রহ্মচার্য অমসুং অহিংসা অনিমক অসি ঐ ইশানা য়েংনজবদগী পুথোকলমই। অদুগা প্রজাদা তৌগদবা ইথোগী পাওথুম ওইনা মসি দরকার অমা ওইরক্লম্মি। থা আফ্রিকাদা যুম পানবা অমবু ওইরবসু আইনগী থবক তৌবা অমবু ওইরবসু, সমাজ সংস্কার তৌবা অমবু ওইরবসু নত্রগা রাজনৈতিক তৌবা অমবু ওইরবসু ঐনা লেনবা তাখিবা তোঙানবা পুন্সি অসিনা ইথোশিং অসি চপ চানা পাঙথোক্লবা যুম পানবা (মুপা-মুপী তিন্নবা) গী পুন্সিবু থাইদগী চেকশিন্না য়েংশিনবা অদুগা ইরৈবাক মচা নত্রগা ইউরোপকী মীগবু ওইরবসু মী অমগা মরী লৈনবদা অচুম্বা অমসুং অহিংসা অসি কন্না চৎপা দরকার ওইরম্মি। ঐদি সাধারন ওইবশিংগী মতিক মগুনদগী ভারথা, সাধারন মীশক্তগী হেন্দবা মীওইনি। য়াম্না কন্না থিজিন্দুনা ঐনা ফংবা ওয়েলবা অহিংসা নত্রগা ব্রহ্মচার্যগী তোপ-তোপ্না

গুণ অদুসু ঐঙোন্দা লৈ হায়বা ওমজদে। কনাগুম্বনা ঐনা হোৎনন্নিবা অসিগা চপ মান্নবা হোৎনরবা অদুগা ঐগুম্বা আশা অমদি থাজবা অসি য়োকখৎলবদি সুপা নত্ত্রগা সুপী অদু ঐনা লৈরিবা অসি কংবা ওমগনি হায়বদা থজিক্তা য়ৌনা চিংনদে। থাজবা য়াওদনা থবক তৌবদি মথা লৈত্রবা কোমপী মথা কংনবা হোৎনবগা চপ মান্নে।

জগৎ অসি লাননে হায়বদা ইরায় লায়না ঐনা থজবা ওমই; অদুগা ঈশ্বরবু লাননে হায়না ঐনা হায়রুববদি—থনবা কাওবা ওমদে।

অতোপ্পা অশি-মচা ( শিগদবা মীওইবা ) অমগুম্মা লেনফম থোকপা মীওই অমনি হায়না ঐদি হায়জরি। ঐনা নোনখিববু নোনলে হায়বা অমসুং থাংখ্রবা থোঙথাংবু হজিন্নবা ঐঙোন্দা চপ চাবা নোঙ্লুকপা লৈজে হায়বা অসি ইশানা য়াজে। ঈশ্বর অমদি মহাকী অকবদা ঐগী লেঙবা লৈত্রবা থাজবা লৈজে। মাগী অচুম্বা অমদি সুংশিববু লোইবা নাইত্রবা পামজবা লৈ হায়বসি ইশানা য়াজে, তৌইগুম্বসুং মী খুদিংমক্তা লোত্তুনা লৈরিবা অসি মদু নত্ত্রা?

অয়ানবা তৌবা মী অমা ঐনা উবা মতমদা ঐসু অয়ানবা তৌগ্রে হায়না ঐ ইতোমতা হায়জে ময়াইকাবা মী অমা ঐনা উবা মতমদা ঐসু মতম অমদা অসুম তৌরমই হায়না ইতোমতা হায়জে। অসুম্না পৃথিবীদা লৈরিবা মী খুদিংমক্তা ঐগা মরি লৈননা থজে। অদুগা ঐখোয়গী মসুংদগী থাইদগী নোঙ্লুকপা মীনা সুংঙাইত্রবদি ঐসু সুংঙাইবা ওমদে হায়না থজে।

ঐনা কনাগুম্বা অমদা পীকম খোকপদগী তানা পীরবদি ঐবু শেখিবা ঈশ্বরদা চপ চাবা শাক্তং অদু চংপা ভাই। পীকম খোকপদগী হেয়া পীরয়ে হায়বসি মহাক্না (ঈশ্বরনা) খঙলবদি মহাক ঐবু খোজানবিগনি হায়না ঐনা থাজৈ।

থম্মোয়গী অচুম্বা অমদি অশেংববু পাম্বা অসি ঐগোম্মা মতম লৈবা খিবিক্তা লৈরে। ইশানা থেংনজবদা, নিয়মসি চুম্নবনি হায়না তোয়না উজরে। লাইরববু সেবা তৌবা অসি ঐগী থম্মোয়গী অপাম্বনি। অদুগা মসিনা লাইরবগী মরক্তা ঐবু মতম লৈবা খিবিক্তা লৈহল্লে অদুগা মখোয়গা অমত্তা ওইহনবস্থ শুমহল্লে।

লেপ্তনা থবক তৌবদা মুংঙাইবনা পীক থল্লবা পুন্সি অমা ঐগী ওইরি। হয়েংনা ঐগী করি পুরকনি হায়বা খল্লুবা ফাওবা পামদনা উচেকুম নীংতম্রে খল্লে। তোংগী দরকারশিং অসি থেংননবা ঐনা লেপ্পা লৈতনা অমস্থং পুকচেল শেংনা হোৎনরি হায়বা রাখল অসিনা ঐবু হিংহল্লি।

লাইবক্না ঐগী থবক পুম্নমক লেপ্পি। মখোয়বু ফংননবা ঐনা খক চত্তে। ঐনা কম্না য়াত্রফাওবদা মখোয়না ঐগোম্মা লাকই। খা-আফ্রিকাদা ঐনা লৈরুবা পুন্সি অদুনা ভারত্তা হল্লকুবদা ঐগী লাইবক ওইখি।

ঐনা য়াওরিবা কাংবু অসিগী মপুঙ ফাদবশিং অসি অস্থকী মতিক মম্পুওথিংনা খঙলে অদুবু কনাগুম্বা অমত্তদা রায়োকদি য়াদে। ঐনা লিশাঙ-শিংনা তৌরিবা অয়ানবশিং অসিগীদমক্তা ঐগোম্মা অকায়বা তৌরকপা পামদবগুম ঐনা উনবা খুদিংমক্তা অয়ানবা,

অকায়বা তৌদনবা, অয়ানববু নৈনবনা ঐগী অয়াবদু কোক্লবা উপায় ওই।

মোৎ খেন্নবনা য়েংথিনবা ওইরোই। মখোয়না য়েংথিনবা তায়বদি ঐগী মুপী অমসুং ঐ অসি শাথীনা য়েংথিনবা ওইগনি। জগৎ অসিদা মোৎ খেন্নবা মী অনি লৈবা ঐনা মশক খঙদে। অদুগা গীতাগী শিষ্য অমা ওইনা ঐগা মোৎ খেন্নবশিংবুসু ঐগা থ্বাইদগী নকনবা অমদি মুংশিজবা মীগা চপ মান্ননা মুংশিননবা ঐনা হোৎনজরে।

মখোয়গী নিয়ম নীতিগা ঐগা খেন্নবা মীওইশিংগী থাজবা অমদি মুংশিবা অদু ঐনা ফংজবসিনা মতম পুম্নমক্তা অপেনবা অমা ঐঙোন্দা ফাওই। খা আফ্রিকাদা লৈবশিংনা কন্নাই ওইনা মখোয়না থাজবা অদু ঐঙোন্দা পীরমই অদুগা মরুপসু শানরকই। ব্রিটিশকী নিয়ম নীতিবু ঐনা য়ানীংদ্রগসু ইংলিশকী মুপা মুপী লিশিং অনিনা মুংশিবা অদু ঐনা ফংই। অদুগা মতিক চাদনা হৌজিকী মতমগী মপানগী সভ্যতাবু (materialistic civilisation) হুন্নগসু, ইউরোপ অমসুং আমেরিকাগী মরুপ-মপাংগী কাঙবু অনি পাকথোরকই। মসিবু অহিংসাগী মায়পাকপা অমনি।

ঈশ্বরগী অনীংবা নত্তনা নাপী মকা অময়কাওবা লেঙদে হায়বা অদুবা অসিদা ঐনা চেৎনা থাজে। হকচাং অসিগী মখা তাবা থবক অমা ঈশ্বরনা দরকার ওইরবদি, মহাক্না ঐবু কনবীগনি। মহাক্না নীংলিবা অদুগী মায়য়োক্তা কনামত্তনা মসিবু কনবা ঙমদে।

অঙাং, ওইরিঙৈদগী হৌদ্রনা অচুম্বগী ভক্ত অমা ওইরি হায়না ঐনা দাবী তৌরি। ঐঙোন্দা মসি থ্বাইদগী মহৌশা ওইবা

পোৎশক অমা ওইরমই'। ঐনা খুররমজচুনা থিজরিবা অসিনা "ঈশ্বরনা অচুম্বনি" হায়বা থাইনগী ওইবা'মোৎ অনিগী মহুত্তা "অচুম্বনা ঈশ্বরনি" হায়না যোওদোক্লবা পাউতাক অমা ঐঙোন্দা পীরমই। অসিগুম্বা পাউতাক অসিনা ঈশ্বরবু মায়যোক্লচুনা ঐগা উনবা ওমহল্লি। ঐগী লৈরিবা শিংলি-নাউরি খুদিংদা মহাক্না (ঈশ্বরনা) লেঙদনা ?ল হায়বা অসি ঐনা খাওই।

ঐগী পুন্সি অসি হাংদোক্লবা লাইরিক অমা ওইরক্লি। ঐগী অরোনবা লৈতে অদুগা অরোনববুসু থোগত্তে।

ঐগী পুন্সি অসি নোম্না উৎপদা হৈনরে। মসি প্রজাগী থবক নোম্লিবা খুদিংমকী মরায়বক্তা তম্লবনি। লাম্না উৎলিবা খুদিংমকপু শেংদোকপা অমসুং পাউথুম পীব' তারবদি পুন্সি অসি পোৎলুম অমা ওইরমগদবনি। মহাকী কম্না লোৎপা অম্না লৈবা তাই। চুমথোক্লবগী মরম দরকার ওইরবা মতমদতা 'নত্তনা লাম্না চৎলিবশিং অদুবু শন্দোক্না তাক্তবা অসি ঐঙোন্দদি পুন্সিগী নিয়ম অমনি। নিয়ম অসিনা মতম অমসুং সুংঙাইতবা কয়া'কম্প্রবনি।

ঐ অসিবু নাতৈ চাদবা তৌবা, কাম্নদবদা থাজবা অঙাওবা মী অমা ওইনা লৌরে। তশেংনা মিংচৎ' অসি কজবা মতিক চাবা অমনি। মরমদি ঐনা চৎপা খুদিংদা নাতৈ চাদবা তৌবা, কাম্নদবদা থাজবা অঙাওবা মীশিংদুগা ঐগা পুন্নি।

তশেংবমক ঐদি থবক ওইন চৎথব য়াবা অশেংব মীনি। ঐগী মওশিংদ্দি য়ুক্ষম লৈতব নত্তে। ঐগী মও পুম্নমক হেক য়ারিবমথৈ অশেংবা ওইন ঐনা পামজে।

হৌজিক কাওবদ লাম্হোকদব লুরব লম্বী অমা ঐগী মাঙদ লৈরি হায়ব ঐ খঙই। মী অমনা মহাকী মরূপ-মপাং জীবশিংগী মরক্ত মহাক্না নীংজবগী মতুংইন্না মমৈদ লৈত্রিবমথৈ, মঙোন্দ মূর্ত্তি (অয়ানব) লৈত্রিবনি। ঐ ইশামক শুন্দদ হম্বহনগদবনি।

অহিংসানা নোল্লুকপগী থাইদগী লাম্না পন্থুংকমনি।

অহিংসাদগী অচুম্বগী আদর্শনা হেন্না নীংথিজনা ঐনা খঙব-গুম্না উই অমসুং ঐগী থেংননবা জান্না ঐঙোন্দা তাকই মদুদি ঐনা অচুম্বগী থুংপাই অসি নাম্হোক্লবদি অহিংসাগী পাথোং অসি ফোঙবা ঙমলোই। অতোপ্পা রাহৈদা অচুম্বা লম্বী চংনবগী থৌনা অদু ঐঙোন্দা লৈতবা ফাওবা য়াই। অনিমক অসি মরূ-ঙদি পোংশক অমত্তনি, মরমদি চিংনবা অসি থাজব রাংপ নত্রগা অশোনবশিংগী হোংবা লৈত্রগা ফলনি। মরম অদুনা "প্রভু, ঐঙোন্দা থাজবা পীনবিয়ু" হায়বা অসি, ঐগী অয়ুক-নুমিদাংগী লাইশোন্নি।

ঐদি অকবদা উবা মী (Optimist) অমা ওইনা লৈ। মসি অচুম্বনা চাউথংকনি হায়বা ঐনা পীবা ঙম্বা শাক্তিনা নত্তে। তোইঙম্বসুং অচুম্বনা মমৈদা চাউথংলকনি হায়না ঐনা চেংনা থাজবননি। ঐথোয়দা ঈশ্বরগী ওইবা ঈথিল অমা লাক্লিবসি অচুম্বনা মমৈদা জয় ওই হায়না থাজবদগীনি।

মী অমগী কোবা ঙম্বা মপাঙ্গলদসু অথম্বা কয়া লৈ; অদুগা মহাক্না থবক পুম্নমকপু চত্থবা ঙমই হায়না চাউথোল্লুবা মীকুপ্তা, মহাকী চাউথোকপবু নমথনবা ঈশ্বর লৈ। ঐগীদমক্তদি পীক্লিবা অঙাং অমদি থোম থক্লিবশিংদা ফাওবা মতেঙগীদমক্তা আশা তৌনবগী নোল্লুকপা অদু লৈ॥

সমত্রন্দা লৈবা ঈশিং মরীক্লা মশানা খঙজত্রবসু. মাগী মমা-মপা ওইরিবা ঈশ্বর অদুগী অচৌবা মগুণ কোঙদোক্লিবনিঃ তৌইগুম্বসুং সমুদ্রগী মখা পোন্দনা তোঙান্না হেক লৈরুবদা কংথরকই। পুন্সি অসি ইচম-চম্বা কোঙ্গোল্নি হায়বদা ঐখোয়না হেঞ্জিন্না হায়বা নত্তে।

অচুম্ববু থিরিবা মী অমনা ঐনা মহেন্নে হায়না পোঙবা মী অমা ওইরোই। অতোপ্পগীদমক্তা মপুন্সি কৎপা ঙম্বা অমনা মহাক্কী মফম শেম্নবগী মতম লৈতে।

ধর্ম্ম, রাজনৈতিক, অর্থনৈতিক অসিনচিংবদগী "ঐ" অমসুং "ঐগী" হায়বশিং অসি ঐখোয়না লৌথোকপা ঙমলবদি থুনমক ঐখোয়না নীংতম্নমগনি অমসুং পৃথিবীদা স্বর্গ পুরক্লমগনি।

ঐখোয়না ইশাবু করম হায়না তৌনা নমথাক তৌরিবনো হায়বা অসি অঙকপনি। মী অমনা মাঙখিগদৌবা হকচাং অসিবু তেক কায়হনদব ঙমই আশা তৌই। অদুগা আত্মাগী মসুংদা লোত্তুনা লৈরিবা শক্তিশিং অসি পুথোকপা ওইথোক্তে হায়না ঐখোয়না খল্লি। করে, অদুবু শক্তিশিং অসিগী মসুংদগী ঐঙোন্দা অমত্তা লৈরবদি ঐখোয় ময়ামগী মসুংদগী অমগুম্না ঐসু ইরাই-লায়না তেক কায়গদবা অসি মঙনি অদুগা ঐঙোন্দা থোই-দোক হেন্দোকপ করিগুম্বা অমত্তা লৈরমদে। অদুগা করিগুম্বা মতম অমত্তদসু হৌজিক লৈতে হায়বা অসি উৎননবা হোৎনবদা ইথৌ চিল্লে।

ঐনা তৌখিবা পাপশিং অসিবু পুকচেল থাইদগী শেংনা ইশানা লৌজরে, তৌইগুম্বসুং ঐনা লেংবান্দ্রা। থোংদুনা মখোয়গী

পোৎলুমশিংদুদি পুদে। ঐনা পাপ তৌরি হায়না খনবগুম্না ঈশ্বরদা চঙশঙ্গরবদি ঐঙোন্দা অকায়বা লৈত্রে, হায়বদি পাপ অদু কোক্লে। মরমদি ইবুংঙো মানা লৈবনা মুংশা মঙ্গানগুম্না লুপ্লবা মুংঙায়বা অদু ঐনা ফাওই। ঐনা খঙজবদা, ঐবু শেং-দোক্লবগীদমক অতোপ্পদা থাজনা ঙাক্লরবদি, ঐনা চম্না লৈরবা চরা হেল্লিবা অমদি লাইনীং লাইশোন তৌরিবা পুম্নমক অসি মমল করিমত্তা লৈত্রে। অদুগা মাবু শেম্বীরিবা ঈশ্বরগী তম্পাক্তা চোকথরবা কোকপু ঙা নবা হোৎনরিব আম্নাগী পামজববু ঐনা তৌই হায়বা আশা অদু উৎলবদি, মখোয়দা মপান নাইত্রবা লন অমদি গুণ লৈ।

ঐগী খাঙবগী খমথেংবা চাংশিং অদু ঐনা লৌজে। মমিং-মক্কা চানবা বিশ্ববিদ্যালয়গী শিক্ষা অদু ঐঙোন্দা লৈতে। ঐগী হায়স্কুলগী পুন্সিদা করিগুম্বদসু সাধারণ ছাত্রশিংগী মথক্তা ফাওবা লৈরমদে। পরীক্ষাবু পাস তৌবা ঙম্লবদি, ঐ য়াম্না থাগৎ-চরমই। স্কুলদা ডিষ্টিঙ্কশন ফংবা অসি ঐনা পাম্বগী য়াংমদা লৈরমদে।

ঐনা লাইরিক তম্লিঙৈ মতমদা টেক্সবুকশিং নত্তনা অতোপ্পা অমত্তা পারমদে। অদুগা ঐনা অকনবা থবক্কী পুন্সিদা চঙলবা মতুংদদি, পানবা মতম ইরৈ লৈত্রে। অদুনা জ্ঞান ময়ামবু ঐনা দাবী তৌজবা ঙমজদে। অদুম ওইনমক, অসুম্না নমদুনা ফাজীনবা হায়বদি চেকশিনখিবনা য়ম্নম ওইদুনা ঐ য়াম্না মাঙশিন্দে হায়না ঐনা থাজে। অমম্রোমদা অকন্না পাখিবা

অদুনা, পাপ্লিবা খরা অদু মপুংফানা ঐনা শীজিন্নবা শুমহল্লে। লাইরিকশিং অসিগী মমুংদগী ঐগী পুন্সিবু খুদক্কা থবক ওইনা হোংহনখিবদি 'অনটু ডিস লাষ্ট' ( unto this last ) হায়বা অদুনি। লাইরিক অসি পারবা মতু দা ঐনা "সর্বোদয়" ( পুম্নমক্কী চাউখৎপা ) হায়না মিং থোন্দুনা গুজরাটিদা অর্থ হন্দোকখি। রস্কিন (Ruskin) গী চাউরবা লাইরিক অসিদা ফোংদোক্লিবা ঐগী খ্বাইদগী লুনা থাজবা খরদং পুথোক্লে হায়না ঐনা থাজৈ। করিগী অদুক য়াম্না ঐবু শুমহৎখি অমসুং ঐগী পুন্সিবু অহোংবা অমা ওইহনখিবগে হায়বা অদুদি লাইরিক অসিননি।

মতম অদু ঐ খা-আফ্রিকাদা লৈরমই। চহি ৩৪ শুবা মতম শোক ১৯০৪ দা ডরবান্দা (Durban রেল তোংলিঙৈদা "অনটু ডিস লাষ্ট" হায়বা অসি পাবদগী মপানগী পুন্সি অসি হোংলগে হায়না ঐবু লেপহনখি। রস্কিনগী ৱাহৈনা ঐবু চিং-শিনখিবা নত্রগা পুক্লিং হূখিবা অসি অতৈ অতোপ্পা ফোংদোক্লবা ৱাহৈ অমা লৈতরে। খোঙচৎ অমদা লাইরিক অদু পাখি; মথংগী নুমিদাং চুপ্পা তুমখিদে অদুগা মফম অদুদা, মতম অদু-মক্তদা ঐগী পুন্সিগী থৌরম ( Plan ) পুম্নমক হোংগে হায়না লেপখি। য়াম্না ঙনখৎনা টোলষ্টোইগী (Tolstoy) লাইরিক পারমই। মহাক্না মমুংদ হাঁয়বদি আত্মাদা ঈথিন পীখি।

# "ঐগী মহাত্মা পদবী"

ঐঙোন্দদি অচুম্বনা মহাত্মাগী পদবীদগী মপান নাইদনা হেল্লা মুংশিজে। অদুগা পদবী অসিদি তশেংনা পোৎলুম অমনি। ঐগী খাঙবা ওম্বগী পল্লুং অমদি ঐ অসি করিমত্তা নত্তে হায়বা খঙজবনা মহাত্মা পদবীগী পোৎলুমদগী ঐবু কঞরে।

পদবী অসিনা তোয়না ঐবু য়াম্না অরাবা অমা ওইহল্লে। অদুগা টিকি হোৎপগুম্না মসিনা ঐঙোন্দা মুংঙাইহন্দে হায়না নীংশিংবা ওম্বা মিকুপ অমা ফাওবা লৈতে।

মহাত্মা অমা ওইবগুম্ব ঐঙোন্দা ফাওদে। তৌইগুম্বম্বুং ঈশ্বরগী জীবশিংগী মনুঙদগী খ্বাইদগী তোনবগী মনুঙদা ঐ লৈ হায়ব অসি চপচানা ঐনা খঙজে।

ঐগী মহাত্মা পদবী অসি মতীক চাদবনি। ঐগী খ্বাইদগী পীকপ্রবা ইথৌ ওইরিবা রাজনৈতিক অমসুং মপানগী থবক অসিনা মসি ওইরিবনি। মরম অসিনা মসি য়াম্না থুনা মাওখিগদবনি। মতম চুপ্পগী ওইনা মতীক চাবদি অচুম্বা, অহিংসা অমসুং ব্রহ্মচার্য্য হায়বা ঐগী অশেংবা শরুক ওইরিবা অসিদা ঐনা চপ্থবা অসিনি। পীকচরগম্ব ঐগী ইথৌ অদুবু থৌওই উশিত্তনা তৌদবা তাই। ঐগী লৈজবা মোৎ হায়ববু অসিনি। মায়পাকপদা থাংজনবা খোঙথাঙ ওইরিবা জ্ঞান তারকপা অদুনা মায়থীরবা ফাওবদা ঐনা মদু মমল য়াম্মি হায়না লৌজে।

ঐবু শ্রীকৃষ্ণ ওইনা লৌবদ্রি, ঈশ্বরগী গুণ লৈহন্দবনি হায়না ঐ.া খল্লি। অচম্বা থবক শূবা অমনি ঐদি অদুগা অচোবা মরমগীদমক লৈরিবা মীশিংগী মনুঙদা ঐদি করিগুম্বা অমত্তা নত্তে হায়না ঐনা দাবী তৌজে। হায়রিবা অচোবা মরমগী নুচিংখ-শিংবু মতিক মগুণ চাউহনবনা কহনবদগী অমাঙবনা হায়বদি অকায়বনা খেল্লি। মরম অমদা নত্রগা থবক অমদা মুম্বা পরীক্ষা তৌরগা মাগী অফবা গুণশিং অদুগী মতুংইন্না চথবা মতমদা মায়-পাক্লবগী খ্বাইদগী খুদোংচাবদু লৈ। মপুং ফাদবা খুৎলাই কয়া শীজিন্নদুনা করিগুম্বা থরা পাঙথোক্লবা থবক তৌরিবা মীশিং অদুদগী চাউথৎলক্লিবা সমাজ অমদদি মদু পাঙনবা হোৎনরিবা মপুং ফাদবা খুৎলাইশিং অদুনা হেন্না কৈ।

রাখল খেন্ননা খনবা মীশিংবু পুজা তৌবসি চপ-চানা অরাবা অমা ওইবে। ঐঙোন্দা মখোযনা তিন-শীৎচনলম্লবদি ঐগী রাখলশিং অসি কৌগনি। অদুদগী হিমালয়গুম্বা চাউথ্রবা অবানবা রাখলশিং অদুবু লাপ্লে হায়বা ফোঙদোকপা দরকার লৈররোই: অমুক হন্দোকপা অমসুং নৌহৌনা অমুক শিল্লরোই।

ঐবু চাউই হায়না হাবজিনবীরিবা অসি, তুমিন্না, থবাম্ন যাওনা, মতীকচানা অমসুং পুকচেল শেংনা থবক শূরিবা মুপা চুপীশিং অসিগী অকনবা অমদি লেপ্তুনা নাম্বা অসিদা করম্না যথা পোনবগে হায়বসি জগৎনা ইখঙ-খঙবিদে।

ঐগী মরুপশিংনা ঐঙোন্দা তৌরিবা খ্বাইদগী য়াংবা ঈকায়-খুম্নবা অসি ঐনা লেপচরিবা তৌগদবা থবক অসি মখোয়গী

পুন্সিদা চৎপা নত্রগা মখোয়না মশিদা থাজত্রগা, ঐবু মখোয়গী ভুমজবী থাজুনা থিংবা অসিনি।

ঐঙোন্দা ঈশ্বরগী ওইবা গুণ অমত্তা ঐনা দাবী তৌদে। লাইশিংগী চুটকী পদবী অমুবুস দাবী তৌদে। ঐদি অচুম্ববু নোল্লকা থিজবা অমদি মদুবু ফংনবা হোৎনবা অমা ওইবতনি। ঈশ্বরবু মায়কোক্না উনবগীদমক্তা থাদোকপদা চাউমল্লি হায়না থনবা অমত্তা ঐঙোন্দা লৈতে। সমাজিক, রাজনৈতিক, মীওই-বগী থাইফনবা তৌবা নত্রগা লমচৎ হায়না কৌনীংবা অমা কৌর-বস্ত ঐনা তৌরিবা থরক পুম্নমক্কি লক্ষ্য অদুদা চথবনি। অদুগা অয়াংবা অমস্তুং পাঙ্গল চাউবশিংগী মরক্তগীদি থাইদগী হোনবশিংগী মরক্তনা হেন্না তোয়না ঈশ্বরবু ফংই হায়বসি ঐনা থজবা মরম্না মখোয়শিংগী অতোনবা থাক অদু য়োনবা ঐনা কন্না হোৎনরি। মখোয়বু সেবা তৌবা নত্তনা ঐনা করিগুম্বা অমত্তা তৌবা ঙমদে। মরম অদুনা নমথবিরবা কাঙবুশিংবু সেবা তৌবা ঐনা পাল্লিবনি। অদুগা রাজনৈতিকতা চঙঙদনা সেবা অসি তৌবা ঙমদবনা, ঐসি রাজনৈতিকী মনুঙদা লৈরিবনি। অস্তুম্বা ঐদি গুরু অমা নত্তে। ঐদি ভারতকী কন্না হোৎনজবা, অরানবা তৌবা অমস্তুং অতোনবা মীনায় অমা ওইনাইচম-চন্না মীওইবগী সেবা তৌজবনি।

ঐগী থাওবা ভম্বগী থম থেংবশিংদু ঐনা থঙজি। থঙজিবা অদুমক্তা ঐগী অমত্তা ভায়রবা পাঙ্গল ওই। ঐগী পুন্সিদা তৌবা ঙমখিবা খুদিংমক ঐ ইশাগী পঙ্গেংশিং অসি থঙবদগী চথখিবনি, অদু অমতগী নত্তে।

করিগুম্বা মকমদা ইজ্জৎকী অপাম্বা লৈজদে। মসিদি নিংথৌশিংগী দরবারদতা দরকার ওইবা লৈতেংনি। নিংথৌশিংগী ওইরগুম্বা ঐদি মুসলমান, খৃষ্টিয়ান, পারসিস অমসুং জিউশিংগী মীনায়নি। অদুগা মীনায় অমনা মুংশিবা দরকার ওই; ইজ্জৎ নত্তে। থাজবা য়াবা মীনায় অমা ওইরিবমখৈ মুংশিবদু ঐঙোন্দা শোয়দবা অমা ওইরবনি।

অয়াম্বা মতাংদা বিধি ওইনা ঐঙোন্দা হায়রিবকপা পুক্নমক ঐনা পুবা ঙমদ্রবা থাগৎ বাহৈ কয়া য়াওই। মখোয়না শীজিনন্নরিবা অসি, ইরিবা মীশিংদসু, ঐঙোন্দসু অমত্তা অকবা ওইদে। মখোয়না দরকার ইরৈ লৈতনা ঐবু নোমুকপা অমা ওইহল্লি। মরমদি মখোয়না থাগৎপীবশিং অদু মতীক চাদে হায়না ইরান য়াজবা তাই। থাগৎপীবদু মতীক চারবা মতমদা মখোয়না শীজিন্নরিবা অদু কাম্নদ্রবনি। মসিনা ঐনা লৈজরিবা গুণশিংগী পাঙ্গলদা হেক্কৎহনবা ঙমদে। ঐনা থুকত্তু শেলহৌদ্রগা মখোয়না ইরাই লায়না কোক ঙাওহল্লি। মী অমনা তৌবা অকবা অসি থাগৎপীদ্রবদি হেয়া ফজবা ওইনা ময়াম্না লোনবগুম তৌই। মতৌ তম্বা হায়বসি খ্বাইদগী পুকচেল শেংনা চৌরোন তৌবনি।

থাজবগীদমক্তা অরাবা নংবা নত্রগা শিবা অফবগীদমক্তা শিবা ঐনা য়ারুদে অমদি মুংঙাইতবা তৌদে। তৌইগুম্বসুং ঐনা থাজরিবা অদু ঙাকপনা ঐগী খ্বাইদগী হেনবা ইথৌনি থনবনা মসিন্না অথিংবা অমা ওইরবদি ঐন্না মহুত্ন্ ফংনবা হোৎনগনি।

মমাংদৈঙেদা ঐবু হাৎনবা কয়া হোৎনখরে; অদুবু ঈশ্বরনা হৌজিক ফাওবা ঐবু কল্লি অমসুং হাৎনবা তৌরিবশিংনা মখোয়না

তৌক্লরিবা খবকশিং অদুগীদমক্তা অমুভাগ তৌরে। তৌইগুম্বসুং ফগুবা মী অমদগী অরাবা কোক্লবগীদমক্তা কনাগুম্বনা ঐবু কাপ-থুবা তারবদি অশেংবা গান্ধীদি মগুনা মঙোন্দা ফগুমা উরিবা অদুবু হাংখিনি।

ঐঙোন্দা নোক্লীংবা অমসুং মুংঙাইবা হৈবগী রাথল অদু লৈরমগ্রবদি, নহাম্না ইতোমতা শীজরম্লগদবনি।

মগুনা থাদোক্লে খল্লবসু খুদক্তা নাম্থোকপা ঙমদবা পোংশক থরা লৈ। ঐবু ফাজীন্দুনা লৈরিবা সংসারগী ওইবা অপুনবশিং অসিনা ঐগী পুন্সিগী অথিংবা অমা ওই; অদুনা ঐনা মসি নমদুনা থাওবা তাই অমসুং মসিগী মখা পোনবা তাই।

ঐঙোন্দা চাউথোকপা লৈতে হায়না ঐনা আশা তৌজে। ঐগী অশোনবা অমসুং অকায়ববুসু মপুং ফানা খঙডি হায়না ঐনা থজে। ঈশ্বরগী পাঙ্গল অমসুং মুংশিবদা ঐগী থাজবা অসি লেগুব্রবনি। ঐদি চফূশাবগী মখুত্তা লৈবা লৈখোমগুম্বনি।

মীয়াম্না অরানবা তৌবা মতম খুদিংদা ঐনা মখা তানা অরানবদু তৌই হায়না য়াগনি। পৃথিবীদা ঐনা য়াবা মীওংপদি মুংদা লৈরিবা "অচীকপা খোঙ্গেল" অদুনি। মী অমনা মশাং য়ামদবা কাওবু অমগী মায়ম্লোক্তা লৈবা তারবসু, ঐনা য়ামদবা কাওবুগুগী মরক্তা লৈনবগী থৌনা অদু লৈ হায়না ঐনা নোল্লুক্লা থাজে।

ঐনা অচুম্বা ঙাওবনা মী অমা ওইনা হায়বা ঙমই মদুদি ঐনা ইশামক শিব্রনা পীক থম্না লৈবনিনা, ঐনা লৈমিন্নরিবা

মীশিংগী শিত্রশিংদু উবদা তপই অমসুং মরম অদুনা, মখোয়গী দান দরকার ওইবা মরম্না. কনাগুম্বা অময়বু কম্না য়েংশিন্দবা অদুগা ঐনা পুথোকপা য়াবা দোষশিংগীদমক্তা থম্নবা থন্না থম্বা হায়বসি ঐনা তমলে।

ঐনা দাবী তৌবা পাম্বা ধর্ম্ম অমতং হায়রবদি অদুম্বা অমসুং অহিংসাশিনি। মীওইবগী মথক্তা লৈবা শক্তিশি দা ঐনা করিগুম্বা দাবী অমত্তা থমদে। ঐনা করি অমত্তা পামদে। ঐগা লোয়-নরিবা মীশিংগী মসুংদগী থাইদগী শোনবদা য়াওরিবা চপ-মান্নবা মোৎনীংঙাই ওইবা তোং অদু ঐহোন্দা য়াওই অমসুং মরম অদুনা, কনাগুম্বা অমগুম্না লাম্নীংঙাই ওই। ঐগী সেবাদা পম্হেং কন্না লৈ তৌইগুম্বসুং ঈশ্বরনা মসিদা মপূং ফাদবা লৈরগসু দয়া তৌবিরে।

ঐনা ইশামকপু লৌশিং লৈবা মজন্তুর অমা ওইনা খল্লি অদুগ' ঐগী লৌশি না ঐগী পম্হেংবু নীংথিজনা উই হায়বসি মসিনা অথোই-অহেন নাইনা অর্থ তৌদে। ঐনা করিগুম্বদা ঐগী পম্হেংগী য়াম্মদা থক চত্তে হায়না আশা তৌই। ঐনা মহুবু ভাব তানা থক তৌখিদে।

ময়াঙ্কগী মশামল নায়ত্রবা সুংশিববু ঐনা অমল য়াম্না লৌবা মতমদা, মখোয়না মণ্ডশমু মতুদি .... .... .... .... ....।

মীওইবগী স্বভাবপু চশ-চানা য়েংবা ছাত্র অমসুং ইশামকী অশোয়ববু কূপথনা য়েংবা মী (Vivisector) অমনি।

মীওইবনা মশাশা শম্নোক্না ভাক্লিবা নিয়ম অহুগী মথক থোংনা লৈ হায়বসি ঐনা পুথোক্লে।

ঐসি নমথবা ওমত্রবা অকবদা খনবা মী (Optimist) অমনি, মরমদি ঐনা ইশামকপু থাজে। মতুনা য়াম্না ফুতানি তৌবা ওইনা ভাবা য়াই, তৌদ্রা ? তৌইগুম্বস্সুং মসি ঐনা নোল্লুকপা খম খেংবদগী হায়বনি। ঈশ্বরগী অখোয়বা শক্তিদা থাজে। ঐনা অচুম্বদবু থাজে অমস্সুং মরমতুনা, লৈবাক অসি তুংগী ভাগ্য বিধাতাদা নত্ৰগা মীওইবগী তুংগী ভাগ্যদা ঐনা চিংনবা লৈতে।

ঐদি অকবতবু খনবা মীশক অমনি, মরমতুনা ইশামক্তদগী পোৎশক কয়াবু আশা তৌই। ঐনা খঙই, হৌজিক ফাওবদা মপুং ফাবা মী অমা ওইদ্রিবনিনা. ঐনা মখোয়বু ফংদ্রি। ঐনা অদুগুম্বা অমা ওইরম্লবদি, নখোয়গা খম্নবা ফাওবা ঐনা দরকার ওইরম্লোইদবনি। ঐনা মপুং ফাবা মী অমা ওইবা মতমদা, ঐনা ইচম-চম্না রা অদু হায়নি অমস্সুং জাতিনা পূক্নিং চঙনা তাগনি। ঐনা সেবানা মরম ওইতুনা মপুং ফাবা অদু য়োবা পাম্বই।

অচুম্বা ওইনা শন্দোক্লবা, নোল্লুকপা অমদি মায়থীবা ১স্সুং নোংলৈ-মুংশিংকুম্লবা পুন্সি অমগী মরক্তা, ঈশ্বরবু মুংদা থাজবা অমা লৈবনা, ঐনা শান্তি থম্বা ঙমই। ঐখোয়না ঈশ্বরবু মিলিয়ণ কয়াগী পোৎ ওইনা বর্ণন তৌবা য়াই; তৌইগুম্বস্সুং ঐনা ইশা-মক্তী ওইনা সুত্র অদু পায়খৎলে অচুম্বনা ঈশ্বরনি।

ঐগী পুন্সিদি খায়দোকপা য়াত্রবা মপুন্ন অমনি; অদুগা ঐনা তৌরিবা থবক পুম্নমক অমগা অমগা পুনশীল্লি; অমস্সুং মীওইবা অপূম্বস্নু ঐনা পেনবা লৈতনা মুংশিবনা মখোয় পুম্নমক্তী হৌকল্লি।

ঐবু ওক-কনবগী স্বভাব লৈ হায়দুনা তোয়না দোষ তৌই। মশীং য়াম্বা কাওবু (Majority) গী মায়েপশিংদা ওক্কনোমীংদে হায়না ঐঙোন্দা হায়। মী অমতনা শুপ্তুনা পানবা সরকারবু য়াই হায়না ঐঙোন্দা দোষ তৌই....ওক্-কনবা নত্রগা মী অমতনা শুপ্তুনা পানবা সরকারবু য়াবা ওইনা দোষ পীবদা ঐনা থক য়ারক্তি। ওম্না তৈননা, কৈস্থু লৈতবা রাফমদা ঐনা য়াগনবগী স্বভাব লৈ হায়বসিদা ঐনা চাউথোক্চৈ। মী অমতনা শুপ্তুনা পানবা সরকারবু ঐনা তূক্কচৈ। ঐগী নীংতম্বা অমসুং মীথা-পোন্দববু মমল য়াম্না লৌবনা অতোপ্পা মীশিংবু ঐনা চপ-মাননা ওাকশেল্লি। ঐনা মুপা নত্রগা মুপী ওইবা মহাক্কী বিবেক্তা কাও-হনবা (পুক্লিংদা) ওমত্রবদি, ঐগা লোয়নদুনা আত্মা (মী) অমবু পুদুনা চৎপা পামদে। খ্বাইদগী লিরবা শাস্ত্রশিংনা ঐগী বিবেকপূ পেলহনবা ওমত্রবদি, ঐনা ঐগী থবক্তা নীংতম্বা অসিনা মখোয়গী (শাস্ত্রগী) দৈব্যগুণ অদুবু য়াদে। তোইগুম্বসুং ঐনা থেংনবদগী খওলে মদুদি সমাজদা লৈনা ঐনা মীথা পোন্দবা পায়বদি, ঐনা অহানবা খ্বাইদগী মরূওইবা থবক্তা মপুং ফাবা মীথা পোন্দবা ওইগদবনি। মী অমনা মশাগী লমচৎকী নিয়ম (Moral code) তগী কৈনা চত্রবদি, মীয়ামগী (Majority) মত্তা য়াগদবনি।

ঐনা মুংওাইতবা খোদোক্তগী ইশাগী অশাউবা কাজিন্দুনা থম্নবা অথোইবা পারা অমা তম্রে, অদুগা কাজিন্দুনা থম্নবা মৈশান্না শক্তি ওন্নকপা অদুগী মতোংগুম্না, কাজিন্দুনা থম্নবা ঐখোয়গী অশাউবনা পৃথিবী লেওহনবা ঙম্বা শক্তি অমা ওন্নহনবা ঙমই।

ঐ শাউদে হায়বদি নত্তে। ঐনা অশাউবদু মপাল খোক্লন্দে। ঐনা শাউদবগুম্বা অখাঙ-কনবগী গুণ অদু য়োকখৎলি অমস্তুং সাধারণ ওইনা হায়রবদা, ঐনা মায় পাকই। তৌঙ্গুম্বস্তুং ঐনা অশাউবদু লাক্লবা কান্দা ফাজিনবদনি। মতৌ কয়ম্ম ঐনা মসিবু লাকশীনবগে হায়বসি কানদবা য়াহং অমনি, মরমদি মসি মীপুম্‌-খুদিংমক্না য়োক্‌খৎকদবা অমস্তুং লেপ্তনা হোৎনরগা মায় পাকহন-গদবা হৈনবা অমনি।

মসিনা ঈকায়-খুম্নবা নিয়মদগী হৈকনা চৎকদবা য়াফম অমা ওইরকপা মতমদা ঐনা মরূপ নত্রগা য়েক্লববু থাদোক্কে।

ঐনা খুদোংচাবা লৌবা অমস্তুং কনশিন্দুনা থম্বা (Privi-ledge and monopoly) অসি তুকচৈ। অচম্বা প্রজা মীয়ামদা শরুক থুংবা য়াদবা খুদিংমক ঐঙোন্দা অথিংবা ওই।

ঐনা পুন্সিগী মতম অপুম্বদা লাইরবশিংবু মুংশি। ঐনা হৌখিবা পুন্সিদগী খুদম ওইনা মথং মথং পনবা ঙমই মতুদি মসি ঐঙোন্দা পোকপদগী লোয়নরক্লবা করিগুম্বা অমনি। ঐনা করি-গুম্বদা লাইরবগা ঐগগী মরক্তা খেৎনবা অমা লৈ হায়না থক কাওখিদে। ঐনা মখোয়বু ইশামক্তা নরুবা শাগৈ-নাতৈ ওইনা মতম পুম্নমক্তা ফাওই।

ঐগী খাঙজেৎ কি অসি ঐগী পুন্সিদা মওং তানা, মপুং ফারকপা অমনি। মসি মশানা হোৎনরুন্দনা, য়াম্না খক্লুদনা লাকচনমই।

হৌখিবা চহি য়াখৈ অসিগী মনুঙদা ঐগী করিগুম্বা থক্কদা কনাগুম্বা মী অমা নত্রগা ফুরুপ অমগা য়েংথীনৈ হায়রগা

প্রমাণ তৌবা ঙম্বা মী অমনা খিন্দুনা তাকপা ওইথোক্কবা ওই-গনি। কনাগুম্বা মীওই অমবু য়েক্লবা ওই হায়না ঐনা থক থাজখিদে। কনাগুম্বা মী অমবু ঐনা অস্থম্বা খল্লোইদবনি হায়না ঐগী ধর্ম্মনা দাবী তৌই। ঈংলিষা খুদিংমক্তা ঐনা কত্তবা খন্দবা য়াই।

ঐগী দর্শন অমা লৈ হায়রবদি, মপান্দগী তৌরকপা থবক্না (by out-side agencies) মী অমগী মরমদা অকায়বা ওইথোকপা য়াবা অমতা মসিদা য়াওদে। অকায়বদু মতীক চানা লাকই অমসুং মরম অদুমক্তা কত্তবা নত্রগা অফবা ওইবা মতমদা, মসিদা তৌরিবা মীওইশিংদু চুমদে, থম্মোয় শোল্লি নত্রগা শেংদে।

সেবা তৌদুনা মীওইবদা লৈবা খ্বাইদগী পূকচেল চাউবা অদু ঐনা লোথোকপা ঙম্রে, ঈশ্বর অমসুং মীওইবগী স্বভাবতা ঐনা থাজবা ঙম্লিবসি মদুননি।

ঐনা ওইনীংলিবসি ঐনা ওইরম্লবদি মতম অদুদা ঐনা কনাগুম্বা মী অমতগা মরৈ য়েংনবা দরকার ওইরম্লোইদবনি। ঐগী রাহৈনা ভাব তাম্নরমগদবনি। তশেংনমক ঐনা রাহৈ অদু ফাওবা পনবা দরকার ওইরম্লোই। ঐগী নীংন শক্তিনা অপাম্বা ফল অদু থোকহনবদা অদুম য়াররমগনি। তৌইগুম্বসুং ঐগী পম্মুংশিংবু অরাবগী মশক অমা ওইনা ঐনা খঙি।

---

# "ঐনা লম্বী অদু খঙডি"

ঐনা লম্বী অদু খঙডি। মসি পীকই অমসুং খুই। থাঙগী ময়াগুম্বনি। মসিদা চৎপদা ঐনা মুংঙাইজে। খোঙকম নাম্লোকপা মতমদা ঐনা কপ্পী। ঈশ্বরগী ৱাহৈদি 'হোৎনরিবা মহাক্না করিগুম্বদা শিদে'। চিংনবা য়াওদনা ৱাশক অদুদা ঐনা থাজে। ঐনা শোনবদগী লিশিংলক হন্না শোয়রবসু ঐনা থাজবা অদুদি মাঙলোই, তৌইগুম্বসুং নোংমা হকচাং লোইশিনখিবা নত্ত্রগা অশিবগী ফিবমদা পুরকপা মতমদা, মঙাল অদু [ ঈশ্বর ] ঐনা উগনি হায়না আশা তৌই।

অৱানবা অমা নত্ত্রগা অৱাবা অমা উপায় তৌবা ঙমদনা য়েংদুনা লৈরিবা মথৈ ঐগী আত্মা অসি পেন্নে হায়বা য়াদে। তৌইগুম্বসুং অশোনবা ইরায়-লায়না তেকখিগদবা, অৱাবগী মশক ওইনা লৈরিবা ঐগীদমক্তদি অৱানবা খুদিংমকপু চুমথোকপা নত্ত্রগা ঐনা উরিবা অৱানবা পুম্নমকী দোষতগী কোক্লে হায়না ইশাবু খনমদি, ওইথোক্লোই। ঐঙোন্দা লৈরিবা আত্মামা লম্বী অমা চিংলি, ঐনা লৈরিবা তোংনা ওন্নতৈনবা মায়কৈদা চিংলি। শক্তি অনী অসিগী থবক্তী মথা পোন্দবা য়াই, অদুগা অদুগুম্বা মথা পোন্দবা অদু অতোপ্পা অমদি অৱাবা থাক কয়ামুক্না কংবা ঙমই। ৱাখল য়াওদনা থবক তৌবনা ঐনা নীংতম্বা অদু কংবা

ঙমদে; তৌইগুম্বসুং অফা-অপুন য়াওদবা মওংদা থবক মপুংফানা তৌবতনা ফংবা ঙমই। আদুগা অসি মপুংফানা নীংতম্বা হকচাং অসিবু নমথদুনা আদুগা অমসুং দেহগী লান অসি মতোমতা লোইজে।

ঐদি অচুম্ববু থিজবা মী অমা ওইবতনি। মদুগী লম্বী অদু ফংলে হায়না ঐনা দাবী তৌরি। লম্বী অদুদা চৎনবা ঐনা লেপ্তুনা হোৎনরি হায়নসু দাবী তৌরি। তৌইগুম্বসুং মসিবু [অচুম্বসিবু] হৌজিক ফাওবা ফংদ্রি হায়বা অসি ঐনা য়াই। অচুম্ববু মপুংফানা ফংবদি মশাবু অমদি মশাগী মরায়বক থঙবনি, হায়বদি মপুংফানা ওইবনি। এগী মপুংফাদবশিং অসিবু ইশানা থঙজে অমসুং ঐনা লৈরিবা পাঙ্গল পুম্নমকসু মদুগী মনুঙদা লৈ। অদুনা মশামকী অরোইবা পন্থেংশিংবু মী অমনা থঙবা অসি অতাঙবা পোৎশক অমনি।

ঐনা মপুংফানা মী অমা ওইরম্লবদি, ঐনা তৌরিবা অসি-গুম্বা য়ুমলোম্নবশিংগী অরা-অনা অদু ঐনা কাউরোইদবনি। মপুং-ফাবা মী অমা ওইরম্লগনা মখোয়বু ঐনা উগনি অমসুং অরাবা কোক্লনবা উপায় অমা তাকনি। অদুগা ঐঙোন্দা লৈরিবা শীংনবা ঙমদ্রবা অচুম্বগী শক্তিনা নমদুনা চপ মান্নহনগনি। তৌইগুম্বসুং হৌজিক ফাওবদি, মিংশেল অমা ফাওনা য়েংবগুম্বা মম্বা উরি। মরম অদুনা তপ্না অমদি লেপ্তুনা চথদুনা অচুম্বগী প্রমাণ অমা তৌবা তাই অমসুং অদুফাওবদসু মতম পুম্নমক্তা মায় পাক-পদি ওইদে। অদুনা লৈবাক অসিগী মকম পুম্নমক্তা লৈরিবা

লাম্থোকপা য়াবা অরাংবশিং অমদি ঈশ্বরগী মথাদা লৈরিবা অচম্বা পোলাংশিংগী দৃশ্য অদু খঙনা খঙনা রারবা মরোল থোক্কবা ভারতকী মিলিয়ন কয়া অসিগীদমক্তা ঐনা রারমত্রবদি ঐদি মীদগী হন্থবা ওইরমগদবনি।

মায়থীবনা ঐবু পুক্লিং হন্থহনবা ঙমদে মসিনা ঐনা রারকপা নত্রগা শেংদোকপা ফাওবদা ঙমই। ঈশ্বরনা ঐবু লমজিং-গনি হায়না ঐনা খঙই। মীওইবগী লৌশিংদগী অচুম্বনা হেন্না মগুণ লৈ।

ঐদি জগৎ অসিদা কোয়শীল্লিবা অমম্বগী মরক্তা মঙাল তান্নবা লম্বী অদু ঐনা খঙই। তোয়না ঐদি অরানবা তৌই অমস্তুং লান্না খল্লি। ঐগী থাজবদি ঈশ্বরদদা লৈ। অদুগা ঈশ্বরবু ঐনা থাজবা অসিমক্তনা ঐনা মীশিংবু থাজৈ। ঐনা থাজনা ঙাঙজনবা ঈশ্বর লৈরমদ্রবদি ঐগী জাতিবু তুকচরবা টিমোনগুম্বা মীশক অমা ওইরমগদবনি।

ঐগী অরোনবা নিয়ম লৈতে। অচুম্বা নত্তনা মীগা তিন্ন-নবা ঐগী রাখল নিয়ম অমত্তা ঐঙোন্দা লৈতে। মতম খরগীদি ভাব তাদনা ঐবু লান্না লমজিংবা য়াই, অদুবু মতম চুপ্পগীদি নত্তে।

তুংবু ঐনা মাঙজোননা উবা পামদে। হৌজিকপু চেকশিনবনা ঐগী ইথৌনি। মতুংগী মিকুপ্প, লাকশিন্নবা শক্তি অদু ঈশ্বরনা ঐঙোন্দা পীদে। ঐবুদি তোয়না নীংবা কায়হল্লে হায়বা অসি অচুম্বনি। মী কয়ানা ঐবু লৌনম তৌবিরে অদুগা মী কয়াগী অরাংপস্থ ঐনা থেংনরে। তৌইগুম্বস্তুং ঐগা মথোয়গা তিন্নবদা

পেলহৌদবা (অনুতাপ) অমত্তা তৌদে। মরমদি করম হায়না পুন্দনা (তোঙাম্না) থবক তৌবা অমস্মুং করম হায়না পুম্না থবক তৌবা হায়বস্মু খঙই। জগত্তা খ্বাইদগী থবক ওইনা চথবা য়াবা অমস্মুং চত্থনবগী খ্বাইদগী ফজবা লম্বীদি নঙনা ওম্ন-তৈনবা চপ-চাবা মরম লৈতবা মতমদা মী পুম্নমক্কী মরাহৈদা থাজবা তাই।

ময়ামগী অমস্মুং লম্নাইগী জীবন্দা, ঐনা খঙজবদা রাশক অমত্তা কায়খিদ্রি।

রাশক কায়নবা তৌরিবা মীদুগা মরী লৈনবা মতমদদা রাশক কায়বনা ঐঙোন্দা শাথীনা অকায়বা ওইহল্লম্মি। অদুগা ফনা তৌদুনস্মু চহি হুস্ক্ তরা ফাওবদা ইনস্মুরেন্সকী কাম্নবা লৈত্রবা পুন্সি অদু দরকার লৈরম্লবদি অশেংবা অমদি ধর্ম্মগা মরী লৈনবা রাশক অদু চুম্না পাঙথোক্লবগীদমক্তা পুন্সিবু য়ানীংনা পীজনি।

ঐদি থাঙ্গেশেংনা অকবা ওইনীংবা-রাখলদা, রাহৈদা, থবক্তা অচুম্বা ঙাঙবা অমস্মুং অহিংসা ওইবা, লাইরবা কম্নদি হোৎনজবা মী অমনি। তৌইগুম্বস্মুং ঐনা চুম্মি হায়না খঙজবা আদর্শ অদুদি করিগুম্বা য়োৗবা ঙমজদ্রি, মসি অরাবনা থল্লবা খোঙচৎ অমনি। অদুবু মসিগী অরাবা অসি ঐঙোন্দা মুংঙাইবা অমস্মু ওই। খোঙথাং অমা হায়গৎপনা ঐবু হেম্না পাঙ্গল কনবা অমস্মুং খোঙথাং অমা থাংনবগীদমক্তা মতীক চাবা অমা ওইহল্লি।

অমরোমদা ঐগী অপীকপা অমস্মুং ঐগী পম্মেংশিং অদুগা অতোপ্পা অমরোমদনা, ঐঙোন্দা তৌনরিবা আশাশিং অসিগী মরমদা ঐনা খল্লুবা মতমদা, মিকূপ অমদি ঐ জ্ঞান মাঙই।

তৌইগুম্বম্নং আশাশিং অসি Jekyll অমস্নং Hyde কী অঙকপা ওইনা পুল্লবা ঐঙোন্দা ঈকায়খুম্নবা নত্তে। মমল নাইদ্রবা অচুম্বা অমস্নং অহিংসাগী গুণ অনি অসি মপূং ফাদ্রগস্নু, ঐঙোন্দা হাইরপ নীংথিনা ফোঙদোক্লিবা অসিদনি হায়বসি ঐনা হেক খঙবগা ঐ জ্ঞান তারকই। মরম অদুনা ঐগুম্না অচুম্বা থিরিবা নোংচুপলোমগী মরূপ-মপাংশিংদা ঐনা অঙম্বা মতেং পীবগী দায়ত্ব ঐনা থাদোকই।

লানবা লৈত্রবা লমজিং নত্রগা ঈশ্বরগী ওইবা ঈথিন অদু ঐঙোন্দা লৈতে হায়না দাবী তৌরি। ঐনা থেংনজবা ফাওবদা ঈশ্বরগী ওইবা ঈথিন অসিস্নু ওন্ন-তৈনবা অনি অদুগী থবক্ন পুন্দবা মীতদা লাকই হায়বসি উবনা মীওইবা অমদা অরোনবা লৈতবগী দাবী অসি ইয়া য়ারোই। ওন্ন-তৈনবা জুড়াশিং অসিনা পুন্দ্রে হায়বা দাবী অসি মরম চায় হায়না অকনবা থৌদোক অমদা য়েংবস্নু লুগনি; মতৌ অস্নুম্না লানবা লৈত্রে হায়বা দাবী অসি থাইদগী খুদোংথীবা দাবী অমা মতম লৈবা খিবিক্তা ওইগনি। অদুম ওইনমক মসিনা করিমত্তা লমজিং য়াওদনা ঐখোয়বু হুন্দোকপদি নত্তে। জগৎকী লৌশিং চাউবশিংনা থেংনরুবা জ্ঞানশিংগী অপুনবা অদু ঐখোয়দা ফংই অমস্নং ওইরক্কদবা মতম পুন্নমক্তস্নু মখোঙদগী হৌনা চুন্নবা অচুম্বা কয়া লৈতে— তৌইগুম্বস্নং অচুম্বা অমত্তং লৈ হায়রিবা অসি অমরোমদা "অহিংসা" হায়না খঙনবা অচুম্বা অদুদবুনি। মশা মতোমতদা মপাননাইদ্রবা "অচুম্বা অমস্নং স্নুংশিবা" হায়বা অসিবু অরোইবা নাইবা

মীওইবনা করিগুম্বদা মপুং ফানা খঙলরোই। তৌইগুম্বমুং ঐখোয়গী লমজিংগীদমক্তদি মতীক চানা ঐঃখোয়না খঙতি। করিগুম্বা মতমদা ঐখোয়না থবক তৌবদা শাথীনা অয়ানবা তৌই। তৌইগুম্বমুং মীদি মশানা মশাবু ঙাকচবা জীবনি। মশাবু মশানা ঙাকচবা অসিদা য়াম্না তোানা অয়ানবা তৌবগুম্না চুমথোক্লবগী শক্তি অদু মশানা য়াওরবনি।

ঐগী অফবদবু উবা ঙম্বগী য়াথল অসি থক মাঙহনলক্লি। ময়েকশেংনা থ্বাইদগী য়ারবা পুংজাশিংদা, আশানা মনুঙদা (ঐগী নুংদা) লাঙনা চাক্লি। ইশামক্না আশা অদুবু মাঙহনবদি ঙমদে। আশা অদুগী মরম পীনবা মিংনা উবা ঙম্বা প্রমাণদি তৌবা ঙমদে হায়না ঐনা হায়নি। তৌইগুম্বমুং ঐঃঙাদা মাবথীবা লৈতে। জগৎ অসিবু পেন্নবগীদমক্তা ঈশ্বরদা বিশ্বাসঘাটকী মী অমা ওইবদি ঐদি মুক্‌ঙম ঙমলোই।

মাঙদা লৈরিবা থবক অদু তৌবদা ঐনা পেক্লে। থবকশিং অসিগী মরম নৈনবদা ঐনা নুংঙাইতবা তৌদে। ঐখোয়না মগুণ ওনবা ঙমদবা পোৎশিং অসিদা পঙতৌ তৌবোইদবনি হায়বসি ঐখোয়না উবদা ন্যাযনা মতেং ওই।

ঐগী মিংনা উইশিনখ্রবা মতুংদা ঐঙোদা য়ারেপ অমা লাউথোক্লবগী মতম চপ-চানা লৈগনি। অদুগা দেহ অসিনা মৈয়িদা কথোক্কনি।

হৈতবা থবক শূবা অমনা মাগী থূংশায়দা শাউই; অয়ানবা থবক তৌবগীদমক হৈতবা থবক শীনবা মীনা মাগী মীশিংবু

দোষ তৌই। ঐদি হৈতবা থবক শীনবা মীদি নত্তে হায়না খঙজে। ঈশাগী পম্বেংশিং অদু খঙনবা চপ-চাবা লৌশিং লৈজে। মদুনা ঐগী লাইবক ওইবা তারবদি ঐগী থবক্তা শোয়রে হায়বা ল্লাউ-থোক্লবগী চপ-চাবা পাঙ্গল অদু ঈশ্বরনা ঐঙোন্দা পীগনি। চহি চামগী তম্বায় অম্বাইফাওবদা ঐনা তৌবদা য়ারল্লিবা থবক অসি-গীদমক ঐবু অমুক দবকার ওইদ্রবা মতমদা মহাক্না (ঈশ্বরনা) ঐবু পুথোকপীখিবা য়াই। হৌজিক ফত্তবা ঐনা তৌগদবা থবক লৈরি, ঐবু কোয়শীনবগুম তৌরিবা অমম্বা-অসি মাঙখিনি অমম্বুং ডান্দি মার্চ্চতগী হেনবা কানফম অমবু তৌরবস্থ নত্রগা তৌদ্রবস্থ অহিংসাতগী পাম্বেনা ময়াম্না খঙনবা মওংদা ভারত্তা মশাগী ওইবা অমা লাকচগনি হায়বা আশা অদু ঐঙোন্দা লৈজে। অমম্ববু বোরবা মঙান অদুগীদমক্তা ঈশ্বরদা ঐনা নিজে। অহিং-সাদা বল্লা থাজবা মীশিংনা লাইশোল অসিগীদমক ঐঙোন্দা য়াওরবা ওইসনু।

জগৎপু অঙকপা অমা ওইহনবা অসি ঐগী লাইবক ফত্তবা নত্রগা অফবা অমা ওইরল্লি। অনৌবা নোমুনাদা অনৌবা চাংয়েং কয়া তৌবা অসিনা কঁরিগুম্বা মতমদা ভাব তানদবা থোকহল্লি।

মঙ মঙবা অমা ওইবসি অরানবনি হায়না ঐনা লাউরি। ঐনা সাধুতা ওইবগী দাবী অদু লোদে। ঐদি মীরল্লেনগা মরী লৈনবা, শেংদবা অমনি— নখোয়দা লৈবা তশোনবশিং অদু ঐঙোন্দস্থ লৈ। তৌইগুম্বস্থং জগৎ অসি ঐদি মশক খঙলে।

নাং পাণ্ডুনা পৃথিবী অসিদা লৈরক্লি। মী অমগী মরায়বক্তা তাগ্রবা খ্বাইদগী অরংবা চাংয়েং অদু ঐনা লাম্বোক্লে।

লান খুদি'গী মমাঙদা লৈবা ইশাগী ওইজবা থাদোকপা হায়বা পাউতাক অসি নত্তবা অতোপ্পা অমা ইন্দনবা ভারত্তা লৈবা ইরৈবাক মচাশিংদা ঐনা হায়জরি। নঙনা হিংসা নত্রগা অহিংসাগী কাঙলুপ্তা য়াওরবসু, থাদোকপা অমসুং লমচৎ ব্যবহার তম্বগী অকনবা মৈশা অদুদি নঙনা লাম্বোকপা তাবনি।

লুচিংবগী পদবী অসি ঐঙোন্দা লৈবা তারবদি, হোৎনরুবদগী মসি লাকপা নত্তে। মসি ভক্তি লেনা সেবা তৌবগী খুদম অর্মানি। মী অমনা মশাগী কুচুদা থওইদবগুম্না নেতা ওই-ববুসু থওইদবা ইঙম-ঙমদে, অদুগা জাতিগী অপুনবা শরুক অমা এনা ওইবনিনা ঐগী দোষ অমসুং অৱাৎপা কয়া লৈদুনসু ঐবু জাাত অসিনা ঙাকপীবা তাই। হায়রিবা খরা অসি ঐনা অৱাবা অমা ওইনা খঙডি; অদুগা অতোপ্পা খরা অমনা পুকচেল শেংলবা আলোচনাশিংনা মখোয়দসু তৌবিমল খঙবা উৎলগসু, ঐঙোন্দা হায়বিবা ঙমদে।

পৃথিবীদা ঐনা লাউথোকপা পামই, মদুদি ওন্ন-তৈনবা কয়া হায়রগসু; অদুগা নোংচুপ্তা লৈবা কয়ানা ইকায়খুম্নবা অমসুং থাজবা মাওবা অসি শোয়দবা তারগসু ঐনা কোক নোঞ্জরি— মখোয়গা মরুপ শান্নবা অমসুং মুংশিননবগী দমক্তা ঐনা মমুঙদা লাউরিবা খোল্লাওবু ঐনা নমথরোই— মসিবু বিবেকজ্ঞান কৌরবসু মুঙগী হৌরক্লিবা স্বভাবনা তাক্লকপা কৌবা য়াই। ঐগী অৱাবা

লাউথোক্লবা তাক্লকপা ঐগী সুংদা করিগুম্বা থরা লৈ। মসি কম্নিনো হায়বদু চপ-চানা খঙলে। ঐবু করিগুম্বদা মীনমথিদ্রবা ঐঙোন্দা লৈরিবা করিগুম্বা থরা অদুনা ঐঙোন্দা হায়ঃ—নঙনা নত্তোমতা লেপ্পা তারগনু, নঙনা জগৎ অপুম্বগী বিরুধদা লেপ্পা তাই। পৃথিবীদা লৈরিবা মী পুম্নমক্না মমিন্তঃ ঈ-কানা য়েংল-গনু, মখোয়গী মমায়দা নঙনা য়েংবা তাই। কিগনু। থম্মোযদা লৈরিবা নঙগী অপীকপা পোৎশক অদুবু থাজো অমসুং মদুনা হায়রি; মরুপ-মপাং, মুপী পুম্নমক থাদোকউ; তোইগুম্বসুং নঙনা মাগীদমক্তা হিংলিবা অমসুং মাগীদমক্তা শিগদোবিবা অগুদা সাক্ষি য়েংউ।

( ৪ )

## "অচুম্বগী পাউজেল"

অচুম্বা করিনো? অরুবা রাহং অমনি; তোইগুম্বসু মসুঙদা লৈবা থোক্লেম্না নঙোন্দা হায়বা অদুনি হায়দুনা ইশামক্কী ওইনা ঐনা মসিগী পাউথুম পীরে। নঙনা হংবা য়াই অদুগা করম তৌদুনা তোঙান-তোঙানবা মীওইশিংনা তোঙান তোঙানবা ১সুং ওয়া-তৈনবা অচুম্বা কয়া খল্লিবনো? করে, মশীং থীঙমদ্রবা উপায় কয়া শীজিন্নদুনা মীওইবগী পুক্লিংনা থবক তৌই অমসুং মীওইবগী পুক্লিংনা মথং মথং ফগৎলকপসু পুম্নমক্কী ওইনা চপ

মায়দে হায়বা অসি উদ্রুনা, মী অমদা অচুম্বা ওইবদু অতোপ্পা অমদা অরানবা ওইবা য়াই হায়না চৎথরে অমসুং মরম অদুনা চাংয়েংশিং অসি য়েংবদা কিবম থল্লা ঙাকপা তাই হায়বা অসি য়েংবা মীশিংনা লেপ্লে—পুক্লিং লাকশিনবা তম্বা করিগুম্বা অমত্তা চৎথরুদনা বিবেক জ্ঞানগী অধিকার অসি হৌজিক্কী মতমদা মীপুম খুদিংমক্কা দাবী তৌবা ওইনা ঐখোয়না লৈরবনিনা পঙথরবা পৃথিবীদা অরানবা কয়া শীদুনা লৈরি। অশেংবা নোল্লুকপা অমা ওইনা ঐনা নখোয়দা হায়জবা ঙম্বা হায়ববু নোল্লুকপগী নীংথিজবা রাথল লৈতবা কনাগুম্বা অমত্তনা অচুম্বা ফংদবা তাই হায়বসিনি। নঙনা অচুম্বগী ইপাক্তা ঈরোয়রবদি নঙ নশামক শুন্যদা হন্নুগদবনি।

ঐগীদমক্তি, অচুম্বা অসি য়াম্না পামজবা থ্বাইদগী হেনবা লিচৎলি। মসিদা অতোপ্পা নিয়ম কয়াসু য়াওরে। মসিগী অচুম্বা অসি রাইদা অচুম্বা ঙাংবতা নঙনা রাখলদসু অচুম্বা ওইগদবনি। অদুগা ঐখোয়না খল্লিবা অসিগা মরী লৈনবা অচুম্বতা নঙনা অতোপ্পগা মরী লৈনদনা মতোমতা লৈজবা, মপান নাইদবা অচুম্বা, অহৌবা-অরোয়বা লৈতবা লিচৎ হায়বদি ঈশ্বর মহাকপুনি। ঈশ্বরগী মশাীং লাক-ঙমদ্রবা সংজ্ঞা কয়া লৈ, মরমদি ইবুংঙো মহাক্না ফোঙদোক্লিবা-শিং অসি মশাীং থীঙমদে। মখোয়না অঙকপা অমসুং অকিবনা ঐবু থুক্কাৎলে অমসুং মিকুপ অমা ঐবু পঙথহল্লে। তৌইগুম্বসুং অচুম্বদবু ঐনা ঈশ্বর ওইনা পুজা তৌজে। হৌজিক ফাওরবদি ঐনা ইবুংঙো মাবু ফংদ্রি অদুবু ঐনা মাবু ফংনবা হোৎনরি।

থিন্নিবা অসি চথবদা ঐগী খ্বাইদগী মুংশিবা পোৎশিং অদু থাদোক্লবা ঐনা শেম-শাই। থাদোকপা অসিনা ঐগী পুন্সি অসিমক ওইরু-ফাওবদা ঐনা মতু পীনবা শেম শাবা য়াই হায়না আশা তৌই। অতোপ্পগা মরী লৈনদনা মতোমতমক লৈজবা মপান নাইত্রবা অচুম্বা অসি ঐনা থঙত্রিবা ফাওবদি, ঐনা খঙবদা, মরি লৈনবা অচুম্বা তদুবু অসুম থাদোক্কনা লৈগনি। মরী-লৈনবা অচুম্বা অদু মতাং অি ন্নাইদা ঐগী লমজিং থাউমৈ, ঐগী চুঙোয় অমদি ঙাকথোক্লবগী খুৎলায় ওইগনি। লম্বী অসি অনীকপা অখুবা অমদি খুরগী ময়াগুম্না থোরবসু মসিনা খ্বাই-দগী থুবা অমসুং খ্বাইদগী লায়বা অমা ঐঙোন্দা ওইরি। হিমালয়-গুম্না চাউরবা ঐগী অরানবশিং অসি ঐঙোন্দা কৈগু লৈতনা উরে মরমদি লম্বী অসিদা চেকশিন্না থাদোক্কনা কৈরে। মরমদি লম্বী অসিনা অন্নাবা তাগদবদগী ঐবু বল্লে; অদুগা ঐগী থাউমৈ অসিগী মতুংইন্না ঐনা মাঙদা চঙশিল্লে। ঐনা চঙশিল-লক্লিবা অসিদা অতোপ্পগা মরী লৈনদনা মতোমতা লৈজবা, মপান নাইদবা অচুম্বা ঈশ্বরবু ময়েক শেংদনা হাইরপ তোয়না উরে। অদুগা মুমিৎ খুদিংগী থাজবা অসি ঐঙোন্দা লাক্লি মদুদি ইবুংঙো মহাক্কন, অশেংবনি অমসুং অতৈ অতোপ্পদি অশেংবা নত্তে। অমুকা মখা তানা ঐঙোন্দা থাজবা অমা পোক্লে মদুদি ঐঙোন্দা ওইথোকপা খুদিংমক অঙাং অমদসু ওইথোকই অমসুং মদু হায়নবগী মন্না চেৎলবা মরম কয়া ঐঙোন্দা লৈ। অচুম্বা থীনবগী খুৎলায়শিংদি লুবগা মান্নবা অচম্বসু ওই। কামজাও

হনবা মীনদি শুপওই ওইখোক্লনা উবা য়াই অহুগা মীয়াম লৈতব। অবাক-অতা ওইদবা অচম্বা অডাংনদি মপুং ফানা ওই-খোক্লা উবা য়াই। অচুম্বা খিবা মীশক্তি উকুলনগী হেয়া মৌল-লুকনবনি। পৃথিবী অপুম্বনা উকুলথু খোঙনা লেংলি অহুগা অচুবা খিবদি অন্তকী মতৌক মশামক লোম্লকপ্রে মহুদি উকুলনা কাওবা মহাকপু নমথবা তাই। মহু য়োম্নবদি, মহাক্না অচুম্বথু থজিক্কং উগনি।

ঐগুম্বা চাম-চাম শিনহু, তৌইগুম্বহুং অচুবনা জয়দি ওইসু। ঐগীগুম্বা অয়ানবা তৌবা অশি —মচাশিং [ শিবা [illegible]কা ] অসি য়েংনবগীদমক্তা ( ব্রায়েল থৌদামবগীদমক ) অহুবগী [illegible] অসি শম্না মকৈ অমা কাওবা ঐখোয়না হন্থহনগুমসি।

অতোপ্পা অতৈনহু তৌহমীংবগুম্বা, ইশাবু 'য়েংবদা,' অহুবা ওইনবা চেকশিন্না নিয়ম ভাক্লবা ঐনা হোৎনশনি। অহুবী পানমদা ইশাবু ওন্দুনা, ঐনা সুরদাসকা (Surdas) লোয়নন্না থিগনি।

"ময়ায়থক থীবা অহু কণ্ঠাইদনো
ঐগুম্না অহুক য়াম্না ফজবা অথম্বুং তুঁকচনীংঙাই ওইবা দু
ঐবু শেম্বা ইবুংঙোথু ঐনা থাদোক্লে,
ঐ অহুক য়াম্না ভক্তি লৈরক্লে।"

মখমদি, হৌজিক কাওবা অহুক য়াম্না ইবুংঙো খঙোম্না ঐনা খাপ্পা লৈখিবা থজি 'ঐঙোন্দা নিশাংশিদনো অওৎপা' খনা ওইহনি। ঐনা মপুংফানা খঙজবদা, ইবুংঙো মহাক্না ঐগী পুন্সিদা

হোরিবা পুংশাশ্বর থুদিংমক শাগন তৌই অমসুং ঐ অসি মহাক্কী মচানি। মঙোন্দগী ঐনা অস্তুক থাপ্পা লৈরিবা অসি ঐঙোন্দা লৈরিবা কাম-ক্রোধ অসিনদি হায়বা ঐ খঙদ্রি; অদুম ওইনমক মখোয়দগী ঐনা ন্যাঙোকপা ঙমদে।

ঐদি চকুশাবা ( ঈশ্বর ) গী মথুত্তা লৈবা অচুম্বা লৈপাক মতুম অমনি। মরু ওইবা মচাক হায়বদু অচুম,—সুংশিবা, হায়বদি অহিংসা অসিনি। নমি লৈবা মফমদা, থুদিংমক মমৈদা মশা মতোমতা চুমথোরকই হায়রিবা অসি খন্দোকনীংঙাই, লৈতবা ( অতোপ্পা অমা লৈতবা ) আইম্মি।

অচুম্বা নত্তনা অতোপ্পা ঈশ্বর অমা লৈতে হায়বা অসি অহোংবা লৈত্রবা ঐগী থেংনরকপা জ্ঞান্না ঐবু থাজহল্লে। অচুম্বু ঐনা হাইকেন্তুং উবা অসিনা ঐখোয়গী মিৎনা সুংতিগী উরিবা সুমিত্তগী শরুক কোটি কয়া হেন্না লংথ্রবা—তাকপা ঙমত্রবা অচুমগী শকফম অদু পঙনা পুরকপা ঙমদে। অশেংবমক্তি ঐনা উরুবা অসি মপাঙ্গল কল্লবা মঙালগী ঈপোম অদুগী থ্বাইদগী শোনথ্রবা মশেক্নি। তৌইগুম্বসুং অহিংসাবু মপুংফানা খঙলগা অচুম্ববু মপুংফান উই হায়বা অসি ঐগী চাংয়েং কয়াগী ফলনা শোয়দবীদা। ঐনা হায়বা ঙম্মি।

জগৎ পুম্নমক্তা অমসুং মফম পুম্নমক্তা লৈরিবা অচুম্বা অকবু মায়থোক্না উননবা মী অমনা সৃষ্টিগী থ্বাইদগী অতোনবদু মনাযকুম্না সুংশিবা ঙমগদবনি। অদুগা মদুবু ফংবা পাম্লিবা মী অমনা পুন্সিগী কর্ম্ম ক্ষেত্রদগী নাহোকপা ঙমদে। অচুম্বগা

ঐনা ভক্তি লৈজবা অচুনা রাজনৈতিকী ক্ষেত্রদা ঐবু পুশিল্লক-পলি। থজিক্ক কাওবা চিংনদমা অমসুং নোঙ্গুম্না ঐনা হায়বা ভুমই মচুদি ধর্ম্মদা রাজনৈতিকা মরী লৈনদে হায়রিবশিং অদু ধর্ম্ম করিনো হায়বা খঙত্রে।

মপুম ওইবা অচুম্বা অদু মীওইবদদি খঙহন্দে। মহাকী মথৌদি মহাক্না উরিবা অদুগী মতুংইন্না অচুম্বা অদু ভাক্না লৈবনি অমসুং মদু তৌবদা থ্বাইদগী শেংবা উপায়দা হায়বদি অহিংসাদা চঙজবতনি।

মীওইবগী থম্মোয় থুদিংমক্তা অচুম্বা লৈ অমসুং মকম অদুদা অচুম্ববু মী অমনা খিবা তাই, অদুগা মহাক্না উবগী মতুংইন্না অচুম্বনা লমজিংবা তাই। তৌইগুম্বসুং মী অমত্তনা মান্না উরিবা অচুম্বা অদুগী মতুংইন্না অতোপ্পবু থবক তৌহনবগী অধিকারদি লৈতে।

পুন্সি অসি অরাংবা আশা নত্রগা উদ্দেশ্য অমনি। মসিগী তৌগদবা মথৌনা মপুং ফাহন্নবা হোৎনবনি; মশাবু খঙবা হায়বদু মসিনি। ঐখোয়গী অশোনবা নত্রগা মপুং ফাদবনা মরম ওইদুনা আদর্শ অসিবু লৈখা তাহল্লোইদবনি। ঐভোন্দা লৈরিবা অশোনবা অমসুং মপুং ফাদবা অসিবু ঐনা অরাবা অমা ওইনা খঙই। অসিগুম্বা ঐগী অশোনবা অমসুং মপুংফাদবা অনি অসি মাঙহনবদা ঐগী ইতেঙ ওইননবা মথোন মাওদবা লাইশোন অদুনা অচুম্বদা সুংজিগী হায়জরি।

ঐগী পুন্সিদা ঐনা খল্লমদবা বা কয়া হায়বগী লোম অদু ঐভোন্দা লৈতে। ঐগী স্বভাবতি থম্মোয় শেংনা চুমজিং চৎপনি।

ঈশ্বর খণ্ডদনা তৌরুবা অয়ানবশিংগী ফলদগী পৃথিবীবু 'মতম লৈবা থিবিক্তা কনবি। ঐগী থুদম অসিনা লাম্না লমজিংবা য়াবা মীশিংনা ঐগী থবক অসি খঙলমদ্রবা ফাওবদস্থ চপ-মান্নবা অয়ানবা লম্বী অদুদা চৎলমগদবনি। মরমদি অরোইবা ওইনা য়েংবদা অতোপ্পশিংগী থুদম্না মী অমবু লমজিংবগুম উরম্লগস্থ মহাক্মকী মুংগী ঈথিনশিংনা মী অমগী লীচত্তা লমজিংই। তৌইগুম্বস্থং ওইনীংবা অমা ওইরগস্থ, ঐগী অয়ানবা কয়ানা মরম ওইদুনা পৃথিবীগী মীশিংনা করিগুম্বদা অয়াবা নংখিদে হায়না ঐনা খঙি, মরমদি মখোয় পুম্নমকসি ঐনা খঙবা ঙমদবদগী ওইরমই। ঐগী অখঙবা অয়ানবশিং অমত্তা তৌগে হায়না তৌবা নৎলমদে হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি।

তশেংনমক, মী অমদা তরু-তরুনা অয়ানবা' অমা ওইনা উবা অদু অতোপ্পা অমদা অশেংবা লৌশিং ওইনা উবা য়াই। মহাক্না মায়াদা লৈরবদি, মশানা মশাবু মতেং পাংজবা ঙমদে। তশেংনমক, তুলশিদাসনা হায়বগী মতুংইন্না কোঙ্গ্রেসংগী মনুঙদা লুপা লৈত্রগস্থ অদুগা মুংশা মঙান্দা ঈশিং লৈত্রগস্থ, অরংবা কোঙ্গ্রেসংগী মনুঙদা লুপা লৈবগী নত্রগা মঙালগী মনুঙদা ঈশিং লৈবগী শেংলবা লম্বেল চংথরক্লবা মতমদা পৃথিবীদা লৈবা শক্তি অমত্তুনা শেংলবা লম্বেল চঙলবা মী অমবু ফিভম অসিদগী নান-থোকপা ঙমদে। অচৌবা শেংলবা-য়াথলগী মখাদা থবক নোম্বা তৌরিবা ঐগুম্বা মীশিংদদি মদুমক ওইগনি। শোয়দনমক, ঈশ্বরনা মখোয়বু কনবিগনি অদুগা জগৎনা মখোয়বু ঙাকপীগনি। অচুম্বনা মমৈদা মরক চেৎকনি।

অচুম্বনা শীন্দুনা কংবা খুদিংমকপু ঐনা লৌদরা ওয়না অচুম্বা অচুম্বা নত্তনা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমত্তা লৈতে হায়রা ঐনা চেৎনা থাজবনা ঐনা ইবা পুম্নমক্তা চুমদবগী জাগা হাপ্পা ওয়দে। মী অমদা তুকচবা অসি ঐনা ইবা পুম্নমক্তা য়াওরবা ওয়দে, মরমদি, পৃথিবীবু হিংহল্লিবা অসি সুংশিবননি হায়বা ঐগী অচেৎপা থাজবা লৈ। সুংশিবা লৈবা মফমদা পুন্সি (হিংবা) হায়বদু লৈ। সুংশিবা য়াওদবা পুন্সিদি অশিবনি। সুংশিবনা শ্রেনগী মমায় অমনি অতোপ্পা মমায়না অচুম্বনি। ঐখোয়না অচুম্বা অমসুং সুংশিবনা জগৎ অপুম্ববু জয় তৌবা ওমই হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি।

---

# (৫)

# "ঐগী খোঁদাং"

ঐদি ভাবনা শাবা মী নত্তে। ঐদি থবক ওইনা চংথবা খিদমগী মী অমা ওইনা দাবী তৌই। অহিংসাগী ধর্ম্ম অসি ঋষিশিং অমসুং সন্যাসিশিংগীদা নত্তে, মসি সাধারণ প্রজাশিংগী-সুনি। হিংসানা শাগী আইন ওইবগুম্না অহিংসানা ঐখোয়গী কান্নলুপকী আইননি। আত্মাদি শারমচৎকী মনুঙদা তুমদুনা লৈ। অদুগা মমাক্তা মপানগী পাঙ্গলগী নত্তনা কন্নিগুম্বা আইন অমত্তা থত্তে। মীওইবনী অচৌবা মতৌক্তা হেন্না বাংবা আইন অমনা আত্মাগী পাঙ্গলবু ইনবা দরকার ওই।

ঐন্না লমন শিংবগী পান্নল লৈরগম্ব, মন্নুদি তৌরনা মরুপ মপাংশিংদা ঐগুম্না তৌ হায়ত্রনা তাকখিবা ঐগী ময়ামগী ওইবা পুন্সিদা খুদম অমদগী হেন্না লৈ। ঐগী পুন্সিদি তত্ত্ব অদু শন্দোক-পদা কখোক্লে। পৃথিবীগী অচৌবা গুরুশিং জোরোস্টর, মহাবীর দানিয়েল, যেষ্ট, মহম্মদ, নানক অমসুং অতোপ্পা কাঙবুগী পাম্ভ-তাকশিংদা ঐন্না মসি পারে।

অহিংসাদি ঐগী থাজবগী অহানবা মচাক্নি। মসি ঐগী ধর্ম্মগী অরোইবা মচাক অমসু ওই।

ঐদি অহিংসাগী বিস্নানবু নোম্লুক্না পুথোকচবা মীওই অমা ওইরতনি। মসিগী মপুঙদা ফুমদ্রনা লৈরিবা অরুবশিং অসিনা থবক শূমিন্নরিবা মীওইশিংবু নীংহন্নবগুম্না ঐবুসু কন্নি গুম্বা মতমদা নীংহন্নহল্লি।

## সত্যাগ্রহগী থৌদাং :

ঐগী থৌদাংদি সত্যাগ্রহগী লম্বা লৈত্রবা পুৎলায় অসিদু শীজিন্নবা অসি মাঙ্খ্না কন্না পূকচেল কাজিল্লগা খুদম অমসুং পান্ভ-তাক পীদুনা তাকপনি। মসি অহিংসা অমসুং অচুম্বদগী থোরকপা (Corollary) অমনি। অহিংসাগী উপায় মতুনা পুন্সিগী অনাবা কয়াবু কোক্লবা উপায় অমত্তা লৈতে হায়না ঐনা উৎনীংই, ভশেংনমক খাঙবা গুমদবা মথৈ—।

ঐনা কত্তরবু উরা গুম্লবা অকুপ্পা মিকুপ অমত্তা ওইর-গম্ব অয়াক্পা নত্রগা চাউথোকপা করিগুম্বা অমকনা ঐগী রাখজগী জগত্তা লৈতুবন্নিনা ঐগী অহিংসানা জগৎ অপুম্বগী অক্কোয়বু

লৈজনগনি। ঐনা ঐ অমস্তুং পাঠকী নমাওদা ওইখোজবা থিজম নজ্রগা চাংয়েং অমত্তা থমদে। মসি মীওইবগী থোই-দোকপা শক্তি অমস্থং পোকপদগী লোয়নরকপা অধিকার অমনি।

ঐখোয়না অমুক হন্না তান্নবগীদমক স্বর্গ অদু মাঙগ্রে। মসিনা মতম চঙলগদি মপুং ফারবা মতমগী চক্রদা অপীকপা শকক অমা ওইবনি। গীতাগী লাই ওইরবা শুকনা ঐখোয়গী মুমিৎ মিলিয়ণ কয়াগা ব্রহ্মগী নো'মগা খঙলদুনা হায়রমই।

অহিংসানা ঐগী ঈশ্বরনি, অদুগা অচুম্বসু ঈশ্বরনি। ঐনা অহিংসাদা য়েংলুবা মতমদা অচুম্বনা হায় "ঐনা মরম ওইদুনা মসিবু পুথোকউ।" ঐনা অচুম্বদা য়েংলুবা মতমদা, অহিংসানা হায় "ঐনা মরম ওইদুনা মসিবু পুথোকউ।"

ঐনা ইশামকপু অহিংসা—হিংসা নত্তবনা পীকথনবগুম্না হান্নজে। অহিংসা অমস্তুং অচুম্বদি ঐগী অতোপ্পী অনিগুম্বনি। ঐনা মখোয় য়াওদনা হিংবা ঙমদে। তৌইগুম্বস্তুং ঐনা অহিংসাগী অচৌবা শক্তি অমদি মীওইবগী অপীকপবু মিকুপ খুদিংগী হেন্না হেন্না ময়েক শেংনা উই। জঙ্গলদা লৈবা ফাওবনা মহাক্কী মপান নাইদ্রবা মুংশিবা লৈরগস্তু হিংসাদগী পুরা নাস্থোকপা ঙমদে; মুংশাস্বর হোনবা খুদিংদা মহাক্না হিংসাগী চাং থন্না তৌই।

দেহ মশামক হাৎনবগী যুম অমনি, মরম অদুনা, মোক্ষ অমদি অহৌবা অরোইবা নাইদবা আনন্দদি দেহদগী পুরা থাদোকপদ্গা লৈ, অমস্তুং মরম অসিদগী, মোক্ষগী মুংঙাইবা নত্তনা

জ্ঞান ইন্দ্রিয়গী মুঙাইবা অপুন্নদি মতম খরদগীনি, মপুং ফাদে। ফিবম অদু লৈবনিনা, ঐখোয়না মুতিগী পুন্সিদা হিংসাগী অশাবা চাং কয়া থকপা তাই।

**অহিংসা শীজিন্নবা :**

ঐখোয়না অচুম্বা অমসুং অহিংসাবু লম্নাই ওইনা শীজিন্নবা নত্তনা কাঙলুপশিং অমদি ফুরুপশিং অমসুং জাতিশিংনা চৎননবা রাকম অমা ওইহনবা তাই। মতুনা অমবু ওইরবস্লু অমবু ওইরবস্ল, ঐগী মঙনি। ঐনা মসিবু অশেংবা তানবা হোৎনবদা হিংগনি অমসুং শিগনি।

ঐগী থাজবনা মুমিৎ খুদিংগী অনৌবা অচুম্বশিংবু পুথোক-পদা ঐঙোন্দা মতেং ওই। অহিংসাদি আত্মাগী সম্পত্তনি, মরম অদুনা পুন্সিগী থবক খুদিংদা মী খুদিংনা অভ্যাস তৌবা তাই। মসিবু বিভাগ খুদিংদা শীজিন্নবা ঙমদ্রবদি মসিদা থবক ওইনা কান্নবা লৈতে।

অচুম্বা অমসুং অহিংসাদা ঐনা থাজবা অসি অসুম অসুম হেনগৎলক্লি, অমসুং ঐগী পুন্সিদা ঐনা মখোয়বু ঈন্দুনা চৎনবা মতম অপুন্নদা হোৎনবা মরম্না ঐসু মিকুপ খুদিংগী চাওখৎলি। ঐনা মখোয়গী মরমদা অনৌবা মপুংগী অর্থশিং উই। ঐনা মুমিৎ খুদিংগী হেন্না নৌবা মঙান অমদা মখোয়বু উই অমসুং মখোয়গী হেন্না নৌবা অর্থ অমা খঙি।

ঐনা ঐগী থৌদাং অসি অকুবা ফিবমদগী মীবু কন্নবগী-দমক্তা মকম খুদিংমক্তা চৎলিবা অঙম্বা (knight errant) গুম্বা

অমা ওইনা খন্দে। ঐগী অচংবা শীনফমদি মখোয়না মতৌ করম্না মখোয় মশাগী অরুবা ফিবমশিং অদুবু কোকহনগদগে হায়বদু মীশিংদা উৎপনি।

ঐগী মপুং ফাদবা অমম্ভং মায়থীবশিং অসি মায়পাকপা অমদি থোইদোক হেন্দোক্লা শিংবা অমম্ভং ওম্বগী মতৌ অদুগুম্না ঈশ্বরদগী লাকপা কৃপা অমনি, অদুগী ঐনা মখোয় অনিমক অসিবু মহাকী খুয়াথাদা কৎলি। করিগীদমক্তা মহাক্না অম্বক য়াম্না চাউথ্রবা চাংয়েং অমগীদমক্তা মপুং ফাদ্রিবা খুৎলায় অমা ওইরবা, ঐবু খল্লিবনো ? ঐনা খল্লি ; মহাক্না থৌওইনা মদু তৌবিরমই। মহাক্না লাইরবা, মরোন থোক্তবা, অজ্ঞান ওইরবা মিলিয়ণ কয়াবু সেবা তৌবা ঠারমই। মপুং ফারবা মী অমনা মখোয়গী নীংবা কায়বা ওইরম্বা য়াবনি। মখোয়গী অশোয়বা কয়াগা লোয়নরবা মী অমনা অহিংসারোমদা চঙশিল্লক্লে হায়না থেংনবা মতমদা মখোয়স্থ মশাগী তৌবা ওম্বা শক্তিদা থাজরমই। মপুংফাবা মীওই অমনা ঐখোয়গী লুচিংবা ওইনা লাক্লম্লবদি ঐখোয়না মহাকপু মশক খঙলম্লোইদবনি। অদুগা ঐখোয়না মহাকপু লৈখুন অমদা তানশিল্লমগদবনি। ঐগী তুংইম্নবা মহাক্না হেন্না মপুং ফাবদি ওইরকপা য়াই অদুগা নখোয়না মহাকী পাউজেল অদু লৌশিনবা ওমগনি।

**গান্ধীগী ধর্ম্মগী কাণ্ডলুপ লৈতে : (No Gandhian Sect):**

ঐদি ভারত অমম্ভং মীওইবগী অচম্বা মীনায় অমনি হায়না পাবা তৌই। অদুগা অসিগুম্বা সেবা অসি পাঙথোকপদা শিংবা

পামজে। ঐনা ধর্ম্মগী কাণ্ডলুপ অমা লিংখৎপদা অপাম্বা লৈজদে। ঐদি তশেংনমক তুংদা চৎহৌমবগীদমক ধর্ম্ম অমা শেমগৎপদা পোম্নবগী আশা লৈজদে। মরম্মদি ঐনা অনৌবা অচুম্বশিংবু উহ্রে। ঐনা খঙজবগী মতুংইন্না অচুম্ববু চৎনবা অমদি উৎনবা ঐনা হোৎনৈ। অরিবা অচুম্বা কয়াদা অনৌবা মওান অমা পী হায়না ঐনা লেপ্পমক দাবী তৌরি।

ঐনা অনৌবা নিয়মশিং অমত্তা পুথোক্তে, তৌইগুম্বস্নং অরিবা নিয়মশিং অদুবু অমুক হন্না হায়নবা ঐনা হোৎনৈ।

"গান্ধী নীতি" হায়বগুম্বা করিগুম্বা পোৎশক অমত্তা লৈত্তে, অদুগা ঐগী তুংদা করিগুম্বা অনৌবা নীতি নত্রগা তত্ব অমা পুথোক্লে হায়না দাবী তৌজদে। ঐথোয়গী মুতিগী পুন্সি ১স্নং সমস্যাশিংদা অহৌবা অরোইবা নাইদ্রবা অচুম্বশিং অদুবু ঐ ইশামক্তী ওইবা লম্বীদা শীজিন্নবা ঐনা ইচম চম্না হোৎনরে। জগত্তা তম্বীনবা অনৌবা করিগুম্বা অমত্তা ঐঙোন্দা লৈত্তে। অচুম্বা অমস্নং অহিংসাদি চীংশিংগুম্না লিরবনি। ঐনা তৌরিবা অপুর্বাদি ঐনা হেক ঙমজবা অপাকপা চাংদা অনি অসিদা চাংয়েং কয়া তৌবনি। মদু তৌবদা করিগুম্বদা ঐনা লাল্লি অদুগা ঐগী অরানবদুনা মরম ওইদুনা ঐমা খণ্ডি। পুন্সি অমস্নং মসিগী সমস্যাশিং অসি অচুম্বা অমস্নং অহিংসাগী অভ্যাসতা চাংয়েং কয়া অমা ওইনা ঐঙোন্দা থোক্লরে।

পোকপদগী লোয়নরকপা ওইনা ঐনা অচুম্বা ঙাওলক্লে, তৌইগুম্বস্নং অহিংসকৃত্তাদি ওইরক্তে। জয়মুণিনা মতম অমদা

চুপ্পা হায়রম্বগুম্না অহিংসা চৎলগে হায়না রাশক লৌবা মীওই অমনা অচুম্বদা তৌবগুম্না ঐ অসি ওইদে, অদুগা অকোনবগী অসিবুনা ঐনা অহানবা মফমদা অদুগা অহানবগীসিবুনা অনী-শুম্বদা থমুই.। মরমদি মহাত্মা হায়বগুম্না ঐনা অচুম্বগীদমক্তা অহিংসাবু থাদোকপা ঙম্মই। তশেংবমক্তি, অচুম্বা ফংনবা চৎথরকপা লম্বীদা ঐনা অহিংসাবু পুথোক্লমই।

ঐ ইশামক্না গান্ধীণীতিগী বর্ণ করিনো হায়বসি খঙজদে। ঐদি মেপকী মমুঙ চন্দবা সমুদ্র অমমুং হোন্দুনা চৎলিবা অমনি। ঐনা তৌয়না লাড়বা তায়।

গান্ধী সেবক হায়বসি লৈবদা মতীক চাদবা মিং অমনি। মতুদগী হেন্না চান্নবনা অহিংসাগী সেবক হায়বনা করিগী য়ারোই? মরমদি গান্ধীদি অফবা অমসুং ফত্তবা, অশোনবা অমসুং অকনবা হিংসা অমসুং অহিংসাগী য়ানশিন্নবা অমনি, তৌইগুম্বসুং অহিং-সাদদি য়ানশিন্নবা লৈতে।

হৌজিক ঐনা গান্ধীগী আদর্শ অমদি মসি শন্দোক্লনবগী উপায় হায়না কৌনবা তারক্লে। অচুম্বা অমসুং অহিংসা শন্দোকপসি তশেংনা ণীতিশিং অদুগী মতুংইন্না হিংবদগী লাই-রিকশিংনা তৌবনা রাৎলি। চুপ্পা হিংলবা পুন্সিদি লাইরিক কয়াদগী হেল্লি।

ঐগী পাউতাক পুন্নমক্কী মরমদা মতম লৈবথিবিক্তা থাক্তুনা থম্লিবা রারোন (Saving clause) অমা লৈ। কনাগুম্বা মী অমত্তনা মসিনা মহাক্কী মকোক অমসুং থম্মোয়দা পাক্রবদি

মসিবু ইন্দুনা চৎলুবগী দরকার লৈতে। মন্নুংগী খোঞ্জেলবু পুকচেল শেংনা কাওরবা কনাগুম্বা অমনা, ঐগী পাউতাক অসিনা মরম ওইদুনা মসি ইন্দবগী দরকার লৈতে। অতোপ্পা রাইহেশিংদা করিগুম্বা নুংগী খোঞ্জেল অমত্তা খঙত্রিবা অদুগা ঐগী হেন্না মমুল ফারবা, থেংনরবা জ্ঞান অমসুং মরাচেৎলবা বিচারদা শ্রদ্ধা লৈরবা মীশিং অদুতনা মসি চৎপা য়াই।

গান্ধীগী নীতিনা অরানবা ওইরবদি মসি মাঙজখিসনু। অচুম্বা অমসুং অহিংসাদি করিগুম্বদা মাঙলরোই। তৌইগুম্বসুং গান্ধীনীতিনা কাংবু অমগী চৎনবী ধর্ম্মগী অতোপ্পা মমিং অমা ওইরবদি, মসি মাঙহনবদা মতীক চায়। ঐনা লেপ্লম্মিবা অসি মী থরদগী ওইরক্লে হায়বসি শিরবা মতুংদা ঐনা খঙবা য়ারবদি ঐ য়াম্না রাগনি .... .... ।

মী অমত্তনা হায়বিগনু মদুদি মহাক গান্ধীগী সেবক অমনি হায়না। ঐদি ঐ ইশামক্তী সেবক্নি হায়বসিনা মতীক চারবনি। ঐ অসি ইশামক্তী কয়াদা মতীক চাত্রবা সেবক্নো হায়বদু ঐনা খঙই। মরমদি ঐনা লেপচরিবা থাজবশিং অদু য়োনা ঐনা হিংবা ঙমজদে। নখোয়দি সেবকশিং নত্তে, তৌইগুম্বসুং লৈমিন্নরিবা ছাত্রশিং, যাত্রিকশিং, সাধুশিং, শীন্নমীশিং নি।

গান্ধী সেবক অমা লৈরবদি, মসি ঐবু ওইগদবনি। অদুম ওইনমক, ঐনা আশা তৌই মদুদি করিগুম্বা অসিগুম্বা দাবী অমত্তা চুমদনা তৌজদবমথৈ ঐনা নোক্লুকচে। গান্ধী সেবক্তি গান্ধীবু পূজা তৌবা মী অমবু অর্থ তৌই। পূজা তৌনবা ঈশ্বর

অমা লৈগদবনি। তৌইগুম্বস্নুং ঐনা অসিগুম্বা দাবী অসি ইশামক্তা ফুতানি তৌনা থক হায়জদে। মরম অদুনা ঐগী কনাগুম্বা ভক্ত অমত্তা লৈতে।

**অৱাবা থাঙবগী আইন :**

ঐনা ... ... .... থৌনা ফনা ভারতকী মাঙদা স্বার্থত্যাগী লিয়বা আইন অসি থম্লে। সত্যাগ্রহ অমস্নুং মসিগী মশা-মরেং-শিংগীদমক্তা, অসহযোগ অমস্নুং সিভিল রেসিষ্টেন্স অসি অৱাবা থাঙনবা আইনগী অনৌবা মিং নত্তুনা করিগুম্বা অমত্তা নত্তে।

হিংসাগী মরক্তা অহিংসাগী আইন পুথোক্লম্বা, ঋষিশিংনা নিউটন্দগী হেন্না চাউবা লাইপোকশিং ওইরমই। মখোয় মশামক ওয়েশিংটলদগী হেন্না চাউবা লাম্মী ঙাক্তনি। মখোয় মশামক্না থুংলায় শীজিন্নবা খঙলদুনা মখোয়গী কান্নদবদু খঙলম্মী, অদুগা চোকথরবা জগত্তা মহাক্কী মুক্তিদি হিংসাদা নত্তে অহিংসা-দনি হায়বসি তঙ্খৈরম্মী।

মপাঙ্গল কল্লবা ফিবমদা লৈরবা অহিংসানা, ভাব তানা অৱাবা থাঙববু অর্থ তৌই। মসিনা ফত্তবা তৌবা মীওইশিংগী অনীংবদা লোল্লক্না মখা পোনববু অর্থ তৌদে। তৌইগুম্বস্নুং মসিনা মীওংপা অদুনা নী লিবদুগী মায়োক্তা মী (সত্যাগ্রহী) অমগী আত্মা অপুম্ববু কথোকপগী অর্থ তৌই

ঐখোয়না লৈরিবা আইন অসিগী মখাদা থবক তৌদুনা মীওই অমনা মহাক্কী ইজৎ, মহাক্কী ধর্ম্ম, মহাক্কী আত্মা কন্নবা হুমদবা সম্রাট অমগী মপাঙ্গল অপুম্বদু শিঙনদুনা সম্রাট অদুনা তুনবা নত্রগা লৈথা তানবা যুক্ষম থোনবা ওহথোকই।

**ভারতকী মথৌ :**

মরম অদুনা, ভাবতনা শোনবা মরম্না অহিংসা চৎলু হায়না। ঐনা ঙাঙবা নত্তে। মহাক্না মহাকী পাঙ্গল অমসুং শক্তিবু খঙজদুনা অহিংসা চৎপা অদু ঐনা পামজে। মহাকী পাঙ্গল খঙনবা খু লায় তমলুবগী করিগুম্বা অমত্তা দরকার লৈতে। ঐখোয়না মসিবু দরকার ওইবগুম উই, মরমদি ঐখোয় অসি তোংশা মপৈ অমা ওইবনি হায়না খনবগুম উই। ভারতনা মহাকী শিব লৈত্রবা অদুপা মপানগী অশেংবা পুন্নমক্কী মথক্তা মায়পাকপা ঙম্বা অমদি পৃথিবী অপুম্বনা মপান্দা পুনশীনখিববু শিঙনবা ঙম্বা আম্না অমা লৈ হায়না খঙবা অদু ঐনা পামজে।

ঐনা ফুতানি য়াওদনা অমদি চপচানা নোল্লুক্না মদু হায়বা ঙম্নবদি, ঐগী পাউজেল অমসুং নিয়মশিংদি, তশেংমক, পৃথিবী অপুম্বগী লমজিং নীতি ওইনা লৈ অদুগা নোংচুপকী চাউরবা মুতিগী মশীং হেনগৎলক্লিবা মুপা মুপীশিংগী থম্মোয়দা অঙকপা ফংলবা পাউখুম অমা মসিনা হান্না যংলে হায়বসি খঙবদা মসিনা ঐঙোন্দা য়াম্না তপেনবা অমা পী।

**মীওইবগী ভ্রাতৃতা (Brother-hood) :**

ঐগী পাউজেন্দি ভারতকী মীওইশিংনা ইচম-চম্না ভ্রাতৃতা ওইবা নত্তে। ঐগী থৌদাংদি ইচম-চম্না ভারতকী নীংতম্বদবু নত্তে, ঙসি চিংননীঙাই লৈতনা মসিনা ঐগী পুন্সি অমসুং মতম চুপ্পবু লৌগ্রগন্থ। তৌইগুম্বসুং, ভারতকী নীংতম্বা ফংলগা মীওইবগী ভ্রাতৃতাগী থৌদাং অসি খঙলগা চৎথনি হায়না ঐনা আশা তৌই।

ঐগী ইরৈবাক মুংশিবদি তোঙানবা পোৎশক অমা নত্তে। মনিঙ্গা পুম্নমক য়াওরে। অদুগা অতোপ্পা জাতিশিংগী অরাবা নত্রগা ওৎপবু হেনগৎনবা হোৎনবা ইরৈবাক মুংশিবগী রাখল অদু ঐনা য়াজদে। ঐগী নীংতম্বগী রাখল্লা মীওইবা অপুম্বগী অকম্বা অদুগা চানদ্রবদি করিম্ব লৈতবা অমা ওই।

মদুদসু নত্তনা, ঐগী ধর্ম্ম অমদি ঐগী ধর্ম্মদগী থোরকপা ইরৈবাক মুংশিবা অসিদা পুন্সি অপুম্বা য়াওরে। ঐনা মীওইবা হায়না কৌরিবা লৈরিবা পুম্নমক অসিগা ভ্রাতৃত্ব। নত্রগা মান্নবা ওইবা পাম্বতা মত্তনা মালেমদা লৈরিবা উপ্রাক্তা শীত্তুনা চৎপা পুম্নমক ফাওবা, হায়বদি পুন্সি অপুম্বগা অমত্তা ওইবদু ঐনা পামজে .... .... .... মরমদি ঐখোয়না ঈশ্বর অমত্তদগী লাকপা ওইনা দাবী তৌই, অমসুং মতুনা, মুক্তি খুদিংদা উরিবা পুন্সি অপুম্বা মরুদদি অমত্তনি।

ঐনা ঐগী খোদাংদা অচেৎপা থাজবা অদু লৈ, মদুদি মসিনা মায়পাক্লবদি — মসিনা মায়পাক্লগনা, পাকক্ম থোক্লবনি। ইতিহাসনা মসিবু জগৎ অপুম্বদা মীওইবা পুম্নমকপু অমত্তা ওইনা পুশিন্নবা, অমগা অমগা য়েংথিনবা নত্তবা, তৌইগুম্বসুং মপুম অমগী শক্তকশিং ওইনা শেমখিবা য়াওন অমা ইশিনগনি।

## অহিংসক ওইবা লম্বী :

ঐগী অপাম্বদি অকক্লবনি ! ঈশ্বরনা ঐঙোন্দা অহিংসাগী লম্বীদা জগৎপু লমজিংনবা শক্তি অদু পীবিদে। তৌইগুম্বসুং ঐনা ভাবনা শারে মদুদি ভারত্তা মহাকী অমাবশিং অদু

মায়োক্লনবগীদমক্তা অহিংসাবু খুদোল তৌনবা মহাক্কী খুৎলায় ওইনা মহাক্না ঐবু খম্নে। চথরক্লিবা অসি অচৌবা অমনি তৌইগুম্বসুং তৌগদবা য়াম্না অমত্তু ৱাৎলি।

পুকচেল শেংদবা অমসুং চুমদবনা ওসি জগৎ অসিদা মখোও লাওনা কান্দুনা চৎলি। অসুম্বা কিনম অসিদা ঐনা উপাই লৈত্রবা সাক্ষি অমা ওইনা লৈবা ওমদে। ওসি ঐনা ঈংনা থবক তৌদনা কয়বদি ঈশ্বরনা জগৎ অপুম্ববু য়োমশিনগ্রবা চাক-খৎলক্লিবা মৈরক্তা. মানা ঐঙোন্দা পীবিরম্বা লন অসিবু শীজিন্নদবগীদমক ঐবু ৱারকনি।

ঐনা ঐগী লম্নাইগী থাজজবসি অতোপ্পা মীওইশিংদা থম্বা ওমদে জাতি অমগী সংস্থান অমদদি করিগুম্বদসু ওমদে। ঐনা মসিগী ফজবা অমসুং কান্নবসু জাতিদা থাজনবা হোৎনবদংদি ওমই ... .... ....। ঐনা ওক-কনবদগী মখোয়না ফত্তবা অমদি মাও-তাকপা তৌদ্রিবমখে অতোপ্পা উপাইনা লৈবাক্কী চাউখৎপগী লম্বীদা লেপ্পবদি মসিনা খুদোংথীবা অমা ওইগনি। ঐনা ইতোমতা ওায়রবা ফাওবদা অশেংবা হিংসাগী নিয়মশিংগী মায়োক্তা হোৌগনি। তৌইগুম্বসুং জাতিনা পান্নবদি অশেংবা হিংসা ফাওবা শীজিন্নদুনা মাগী নীংতম্বা ওাকথোক্লবা অধিকার লৈ হায়বসি ঐনা খওজরে। ইমানা অরানবা লম্বী চৎলগা মঙোন্দা ঐগী চাউথোককম লৈতবগুম্না ভারতনা ঐগী পোক্লফম লমদম ওইরফাওবদা মহাক্না ঐগী মুংশিজরবা লম অমা ওইদ্রে।

বিশ্ব অহিংসা শন্দোক্লবগী ঐঙোন্দা শক্তি অদু লৈজদে। মরম অদুনা, ঐখোয়গী নীংতম্বা ফংনবগী মরীদদা অহিংসাবু ঐনা

শন্দোক্লি। অদুনা অহিংসক ওইবা উপাইনা আন্তর্জাতিগী মরম-শিংবু চাং অমদা পুরক্লবা শন্দোকপন্থ ওইবা য়াই। বিশ্ব অহিংসা শন্দোক্লিংঙৈগী মমাঙদা ঐনা কামদগী মপুং ফাবা নাম্থোকদবনি, ঐঙোন্দা পাপ পুরা য়াওহল্লোইদৌবনি।

ঐগী ঐনা শন্দোক্লিবা অমস্মুং তাক্লিবসি অয়াংবা রাখল নক্রগা থবক ওইনা চথবা য়াদবা নত্তে, মরমদি অরিবা অদুবু ঐনা তাক্লি অদুগা ঐনা শন্দোক্লিবা অদুবু চৎনবা ঐনা হোৎনৈ। অদুগা ঐনা দাবী তৌরি মদুদি ঐনা চৎলিবসি পুন্নমক্না চৎপা ঙমই, মরমদি ঐখোয়গী মরক্তা থ্বাইদগী পীকথ্রবা অমদা লৈবগুম্না, ঐঙোন্দস্থ কামনা য়োমদুনা লৈবা অশোনবা কয়া অদুস্থ লৈরবা য়াম্না চমথ্রবা অশিবা মচা অমনি।

ঐনা বিশ্ব অহিংসাগী মরমদা রায়াম ঙাঙবা মতমদা, ঐগী চাংয়েংদি ভারত্তা ফাজিন্দুনা লৈ। মসিনা মায পাক্লবদি জগৎনা মসিবু হোৎনরুবা লৈতনা লৌশিলগনি। অদুম ওইনমক, অচৌবা হায়বা অমা লৈ। লেপ্লিবা অদুনা ঐঙোন্দা চোকথহন্দে। ঐগী থাজবদি ফাওদুনা চৎপা ঙমদ্রবা অমম্বগী মরক্তা থ্বাইদগী অরংবা অদুনি।

দেশ, অমবু ওইরবস্থ, অমবু ওইরবস্থ ঐনা ইউরোপ ১ম্মুং আমেরিকাদা চৎপা কিজে। ঐনা ইশাবু থাজদবা অদুদগী হেন্না অচৌবা মহাদেশশিং অসিগী মীশিংবু ঐনা থাজদে হায়বা নত্তে, তৌইগুম্বস্থং ঐনা ইশামকপু থাজদবনি। ঐনা হকচাং ফনবা নক্রগা দৃশ্য য়েংনবা নোংচুপ্তা চৎপা পামজদে। ঐনা

মীয়ামদা য়াঙাঙবা পামজদে। ঐবু অচৌবা নোংশা অমা ওইনা লৌবদু তুকচৈ। ঐঙোন্দা মীয়াম মমাঙদা য়া ঙাঙবা অমস্তুং প্রজানা ডিমোনষ্ট্রেসন চৎপগী অকিবগী মশক কংলবা অরুবদু থাঙনবগী দেহ অদু ঐঙোন্দা লৈরত্রা হায়বদুদা অঙকপা অমা পোকই।

ঈশ্বরনা করিগুম্বদা ঐবু নো চুপ্তা থাবিরম্লবদি মীয়ামগী থম্মোয়শিংদা পাম্লবা, নোংচুপকী নহারোলশিংগা ঈংমা য়ারী শানবা অদুগা মান্নবা আত্মাশিং — অচুম্ববু মুংশিবা অদুগুম্ব। মমল নাইদনা শান্তিবু মুংশিজবশিং অদুগা উননবগী খুদোংচাবদু কংনবা ঐনা মকম অমদা চংকদবনি।

তৌইগুম্বস্তুং ঐনা ফাওই (পুকমুংদা) মদুদি নোংচুপ্তা লম্লাই ওইনা পীনবা পাউজেল অমত্তা ঐঙোন্দা লৈতে। ঐনা ঐগী পাউজেলবু বিশ্ব জগৎকী ওইনা থাজজে, তৌইগুম্বস্তুং ইরৈপাক্কা থবক তৌরগা ঐনা মসিবু খ্বাইদগী নীংথিজনা পুবা ঙমগনি হায়না ঐনা ফাওই। ভারত্তা ঐনা ময়েক শেংনা মায় পাকপা উৎপা ঙম্লবদি পাউজেল অদু পীবদা মপুং ফায়।

ঐগী পাউজেন্দা ভারত্তা করিমত্তা কাম্লদ্রে হায়না ঐনা য়ারেপ তারবদি ঐনা মসিদা হৌজিক ফাওবা থাজরগস্তু তাবিনবা মী থিদুনা মকম খুদিংমক চৎপদু পামজদে। ঐনা ভারতকী মপান্দা থৌনা ফনা থোকপা ঙম্লবদি ঐনা মদু তৌগদবনি, মরমদি ঐনা মসিবু পুম্নমকী পেম্লবা উৎপা ঙমদ্রগস্তু থাজবা অমা লৈ মদুদি, তপচরগস্তু পাউজেল অসিবু ভারতনা লৌরি।

ঐগোন্দা কত্তবা চঙবা ঙমদবা অদুগা শাথীবা করিগুম্বা চাউথোকপা অমত্তুনা, মিকুপকীদমক্তা ওইবস্থু ঐগী ৱাথলগী জগত্তা লৈবা ঙমদবনিনা; মদু লাক্লিকাওবদি, ঐগী অহিংসানা জগৎ অপুম্বগী ধর্মোয়বু লেঙহনগনি ।

ঐগুম্বা মিলিয়ন কয়ানা মখোয় অমগী পুন্সিদা অচুম্ববু প্রমান তৌবা ঙমদে, মদুনা মখোয়গী অশোয়বনি, অহোবা অরোইবা লৈতবা আইন অদুদদি থক ওইরোই ।

(৬)

# নুংগী খোঞ্জেল ।

করিগুম্বা থরগী মরমদা মপান্দগী প্রমাণ দরকার ওইদবা মীকুপ কয়া পুন্সি অসিদা ঐখোয়দা থোকই । 'ঐখোয়গী নুংদা লৈরিবা অপীকপা, খোঞ্জেলনা' ঐখোয়দা হায়.—"নখোয় অচুম্বা লম্বীদা লৈরি, ওয়দা নত্রগা য়েত্তা হাইজিনগন্নু, অদুগা অথুবা লম্বী অদুদা অদুম চথো ।"

নঙগী থ্বাইদগী অফবা মরূপশিং অদু পুবা ঙমদ্রগম্নু নঙগী পুন্সিদা নঙনা থবক তৌগদবা মীকুপ কয়া লৈ । নঙগী নুংদা লৈরিবা 'অচীকপা অপীকপা খোঞ্জেল' অদুনা তৌগদবা নথৌদা য়েৎনরবা মতমদা, মতমলৈবা থিবিক্কী ওইনা অরোইবা বিচারপতি ওইগনি ।

ইশা ইতোমত শেংদোকচব অদু ফংনব হোৎনদুন, 'মুংদ লৈরিব অচৌকপ অপীকপ খোঞ্জেল' অদুবু চুম্ন অমদি মপ্নেক শেংন তাব ঙম্নবগী পাঙ্গল থম্ন অদু ঐন মপুঙ ফাহল্লে। 'মুংদ লৈরিব অচৌকপ অপীকপ খোঞ্জেল' অদুবু ঐন নমশিন্দুন থম্ব মীকুপ অদুদ ঐগী কাম্নব ওইজ-ওইথক অদু মাঙলগদবনি।

ঐন খঙজবদ মুংগী খোঞ্জেলন কনাগুম্ব থরদ ব্রা ঙাঙব অসি ওইথোকই হায়বসিদ কনামতন চিংনব লৈতে, অদুগ মুংগী খোঞ্জেলদগী ব্রা ঙাঙই হায়ন মী অমন দাবী তৌব অসিন তশেংনমক অরেপ্প ওইরবদ্দি পৃথিবীসিদ কান্ননব অম ওইগনি। মী অয়াম্বন দাবী অসি তৌব য়াই অদুবু মখোয় পুম্নমক্ক মসিবু অরেপ্পনি হায়বদি ঙম্লোই। অদুগ লাম্ন দাবী তৌরিব মীওইশিং অদুবু থিংনবগীদমক্ত মসি নমথবস্থ ঙমদে অদুগ নমথকমস্থ থোক্তে। মী অয়াম্বন অচুম্ব ঙাঙদুন মুংগী খোঞ্জেল অদুবু উৎপ ঙম্লম্নবদি খুদোংথীব করিগুম্ব অমত্ত লৈরম্লোই। অদুবু লাইবক থীবদি, পুকচেল শেংদবস্থ কোরুব উপায় অমত্তু লৈতে। মী অয়াম্বন ধর্ম্ম লৈব শাশিম্নগদবনিন মসিস্থু নমশিন্দুন থগোইদবনি। মুংগী খোঞ্জেলদুন ঙাঙলিবনি হায়দুন দাবী তৌব পৃথিবীদ মীওই কয়া অম থেংনৈ। অদুগ মখোয়ন মতম থরগীদমক্ত তৌরম্ব থবক অদুন পৃথিবী অসিবু হৌজিক ফাওবদ মাঙহম্ব ঙমদ্রি। মী অমন খোঞ্জেল অদুদ থব্রায় য়াওন তাদ্রিঙ্গৈগী মমাঙদ, শাংলব হাইফেৎ কল্লব অভ্যাসকী লম্বী অম চথব তাই অদুগ ঙাঙলিব অদুন মুংগী খোঞ্জেল অদু ওইরব

মতমদ মদু লাম্ব লৈত্রব অম ওইগনি। পৃথিবীবু মতম চুপ্পদ মায়পাক্ল পঙথহন্ন ঙমদে। ঐগুম্ব নোল্লুকপ মী অমবু নমথ-রোই অদুগ মহাক্ল খোঞ্জেল অদু তারে হায়ন থাজব মতমদ মুংগী-খোঞ্জেল অহুগী শক্তি অদু ফংলে হায়ন দাবী তৌগনি, মরম অদুন সরকার অমদি আইন লৈত্রব ( anarchy ) অসি লাকপদ খুদোংথীব লৈরোই।

ঐগীদমক্তদি, ঈশ্বরগী, বিবেক্কী, অচুম্বগী খোঞ্জেল নত্রগ মুংঙী খোঞ্জেল নত্রগ 'অচীকপা অপীকপ খোঞ্জেল' অসি পোৎ-শক অমত্তনি। ঐন মওং অমত্ত উরমদে। ঐন করিগুম্বদ চাং, য়েংলুদে, মরমদি ঈশ্বর অসি মতমলৈবখিবিক্ত মওং লৈতব ওইন থাজরুরে। অদুগ ঐন হেক তারম্বদি অথাপ্পদগী লাকপ খোঞ্জেল অমগুম্বনি অদুগ য়াম্ন নকই। ঐঙোন্দ চপচান ঙাঙলকপ থিংব ঙমত্রব মীওইবগী খোঞ্জেলগুম্ন মসি লাম্ব লৈত্রবনি। খোঞ্জেল অদু তাব মতমদ ঐ মঙ মঙলমদে। খোঞ্জেল অদু তাবগী মমাঙদ ঐগী মুংদ অকিবগী মশক ওইরব লান অম তৌই। ইখঙ খঙ-হৌদন খোঞ্জেল অদু ঐঙোন্দ লাক্লম্মী। ঐন থরায় য়াওন তারম্মী, খোঞ্জেল অদু শোয়দ্রে হায়ব লেপ্লম্মী অদুদগী লান অদু লেপখি। ঐ অসি ঈংলম্মী। অদুগী মতুংইন্ন পুকচেল লেপ্লম্মী। অদুদগী চারা হেনব তারিখ অমস্লুং পুঙ লেপ্লম্মী।

ঐন তারিব অদু অচুম্বমক খোঞ্জেল্স অদুনি অদুগ ঐ ইশা-মক্কী মৈশা চেল্লব রাখলদগী থোরকপ প্রতিধ্বনি নত্তে হায়নব মথা সাক্ষি পীথবা ঙমখিগদ্রা? চিংনবা মী অদুবু থাজহন্নব সাক্ষী

ঐঙোন্দ লৈতে। মসি মশান মশাবু মীনমজব নত্রগ শেন্নান-তুন্নান উবনি হায়ন মহাক্ক মনীংতম্ন হায়ব য়াই। মদুমক নীংথিজন ওইব য়াই। ঐন মত্তুগী ওম্ন-তৈনবদ প্রমাণ অমত্ত পীব ঙমদে। অদুবু পৃথিবী পুম্নমক্ক ঐগী বিরুদ্ধদ মত অমত্ত ওইন পীরবস্থ ঐন তারিব অসি ঈশ্বরগী অশেংব খোঞ্জেলনি হায়ন থাজব অসিবু থুগাইব ঙম্লোই, হায়বসিমদি ঐন হায়ব ঙমই।

অদুগ ঐখোয় ইশামকী ভাবতগী ঈশ্বরবু শেম্বনি হায়বসি খরন খল্লি। মত অদুন চুম্লবদি অশেংব অমত লৈতে। খুদিংমক অসি ঐখোয়গী ভাবন শাব ঙাক্কনি। মতু ফাওবদ ঐগী পঙখম খক্তিম্ন রাখলন ঐবু লাকশিল্লগন, মিত্রং অদুন ঐন থবক তৌব ঙমই। খ্বাইদগী শেংবা পোৎশিং অদুদি মন্নি লৈনন অদুম ওই। ঐগীদমক্তদি খোঞ্জেল অদু ইশা লৈরিব অসিদগীদি হেন্ন শেংব ওই। মসিন ঐবু করিগুম্বদ নীংব কায়হনখিদে নত্রগ অদুন মরম ওইদুন অতোপ্প কনাবুস্থ কায়হন্দে। অদুগ অপাম্ব মী খুদিংমক্ক খোঞ্জেল অদু তাব ঙমই। মসি মীপুম খুদিংমকী শক্তিগী মনুংদ লৈ। অদুগ, অতোপ্প অতৈদ তৌব গুম্ন মাঙজোনন অমদি চপচান শেম-শাব দরকার ওই।

ঈশ্বরগী খোঞ্জেল তারে হায়ব ঐগী দাবী অসি অনৌব দাবী অম নত্তে। লাইবক থীবদগী, ফংইব ফলশিং অসি নত্তন দাবী অসিবু প্রমাণ তৌনব ঐন খঙব লম্বী অমত্ত লৈতে। মহাক্ক মশামক অসি মহাকী জীবশিংন প্রমাণ তৌনবগী

পোৎশক অম ওইহন্ব য়ার্রবদি ঈশ্বর অসি ঈশ্বর ওইরম্মোই। চা য়েং অদু মশান য়ান থেংননব মীখা পোম্বগী শক্তি অদু মহাক্ন পী। ঐ অসি খ্বাইদগী নাম্বোকপ য়াদ্রব মপু অহুগী মখা পোম্ব মনাই অম চহি ৫০ দগী হেন্না ওইরকলি। মহাক্কী খোঞ্জেল অসি হেন্ন হেন্ন তাব ঙমই অস্থন্ম চহি কয়া হৌদ্রবনি। ঐগী খ্বাইদগী অরাব পুঙ্জাদ ফাওব মহাক্ন ঐবু করিগুম্বদ থাদোকপীখিদে। য়াম্ন তোয়ন ঐগী বিরুদ্ধদ লাকপবু মহাক্ন কনবিখি অদুগ নীং-তম্বগী শরুক মচেৎ অমফাওব ঐঙোন্দ থম্বীরমদে। অদুক্কী মতীক মঙোন্দ কখোক্লগ অস্থুপকী মতীক ঐঙোন্দ মুংগাইব ওইরক্লি।

পুমউ উবগী রাফম লৈতে। দরকার ওইব মচাক পুম্ন-মকপু তানশিম্বগী অখাঙকম্ব অমসুং নীংন-শক্তি লৈরব পুম্ন-মরু অস্থন্ম চাংয়েংব য়ারব অচম্ব বৈজ্ঞানিক ওইরব অচুম্ব অদু ঐন পীরে অদুগ হায়রিব অসি নীংবু নীংলবদি খঙবদ থাজদ-বমখৈ চম্লবনি অমসুং তানশিন্বদ চপচান লায়রবনি। ঐন সিমম্থু হায়ব ঙমই: নশামক নত্তন কনামতা থাজদব তাই। নঙন মুংগী খোঞ্জেল অদু থম্লায় য়াওন তানব হোৎনগদবনি, অদুগ 'মুংগী খোঞ্জেল' হায়ব রাঙাঙ অসি থম্নীংদ্রগ, 'বিবেকী য়াথং' হায়ব রাঙাঙ অসি শীজিন্নব য়াই, হায়রিব অসিদি নঙন ইনগনি, অদুগ নঙন ঈশ্বরবু উৎলোইদব ওইরবদি, কাইনথংদদি ঈশ্বর ওইগদব করিগুম্ব অতোপ্প অম নঙন উৎকনি হায়বসিদ ঐন চিংনব লৈতে, মরমদি, লাইবক ফবদগী বিশ্ব-সংসারদ ঈশ্বর নত্তন কনা অতৈ পোৎশক অম লৈতে। মুংগী খোঞ্জেলগী য়াথং

মতুংইন্না থবক তৌই হায়ন দাবী তৌব মী খুদিংমক্ না থং অদু হেক্তু ফংব নত্তে হায়বসি ঐন হায়জনীংই। ফন হাৎচুনস্ত্র, অতোপ্প গুণ অতৈগুম্না মুংগী অচৌকপ অপীকপ খোজেল অসি পুক্লিং-চঙুন তাননব গুণ অসিদ হায়ন হোংনব অদুগ অতোপ্প গুণ অতৈ তাননবদ চঙব অদুদগীসু হেনব অভ্যাস দরকার ওই, অদুগ দাবী তৌব মী লীশিং লীশিংগী মপুংদগী থরদন মখোয়গী দাবী অদুদ মায় পাক্লবদি, চিংনবন থল্লব দাবী তৌরিবশিং অদুবু খাঙবগী অরাব অদু ফংব য়াই। ঈশ্বরন পীরকপ রাখলদগী থবক তৌবনি হায়ন লায় দাবী তৌব মী নত্রগ নত্তি-নত্তুন মুংগী খোজেলগী য়াথংনি হাযব অসিন পৃথিবিদ লৈব নিংথৌরেমগী য়াথংনি হায়জিন্দুন থবক তৌব মীদগী হেন্না ফত্তে। অকোনবগী অসিন খংনরগ হকচাংদ থর শোক্লগ নাম্থোকপ মতমদ, অহান-বগীদুন হবচাং অমদি আত্মা অনিমক মাঙগনি। পুকচেল চাউরব অহংকারিকশিংন ঐঙোন্দ থোইদোকপ ইরাল শীবিদে অদুবু মীত্রংগুম্না ঐন থবক তৌব য়াব জাৎনি হায়ন মত পী। মদুদ ঐঙোন্দ লাকদব ফলদি ঐন অরানব দাবী তৌরগ ওইগদব অদুদ য়াম্না থাপ্ন খেন্নব নত্তে। নোল্লুক্ থিজব মী অমনি হায়ন দাবী তৌজবিব ঐদি খ্বাইদগী হেন্না চেকশিন্না দরকার ওইবনি অদুগ পুক্লিংগী অস্ত্র ব অদু থম্নবগীদমক্, মহাকপু ঈশ্বরন লমজিংব্রিবগী মমাঙদ, মহাক্ মশামক্ শুন্যদ হন্থহনব তাই। রাকম অসিদ হেন্না কুপথন নৈনররোই।

খন্নব য়াব অকব অমদ ঈশ্বরগী মত্তেং নত্তুন সত্যাগ্রহী অম ওইন ঐগী উপাই অতোপ্প অম লৈত্তে হায়বসে চুম্না নত্রগ লাম্না

ঐন থম্বই অদুগ ঐগী কোংদোকপ য়াদব অম ওইন উরিব থবকশিংসি তশেংনমক মুংগী য়াথংশি হায়রন থাজবিব ঐন পামজে।

মসি ঐগী অশাব পংথনথনব য়াথলদগী থোকপ ওইব য়াই। মদু ওইরগদি, হৌজিক চহি ৫৪ দগী হেন্নব অকা-অকুম তৌরব পুন্সিসিদ মসিন কান্নব অম ঐগোন্দ ওইরবনিন, ঐন পঙথন থনব য়াথল অসিবু মমল য়াম্ন লৌই, মরমদি ঐন চহি ১৫ ষৌত্রিভৈদগী হৌনজাব তান ঈশ্বরগী মথাদ থাজন লৈব অসি তম্লরুবনি।

## (৭)

# ঐগী চরা হেনবশিং।

## ( My Fasts )

মী অমন কোকহনব ঙমদ্রব অৱাব লৈরব মতমদ, মহাক্ক চরা-হেন্দুন লাইশোল তৌগদবনি হায়বসি ঐগী ধর্ম্মনা ঐঙোন্দ তক্বি।

মথোয়সি ( চরা হেনবশিং ) ঐন লৈরিব অসিগী শরাক অম ওই। থুদম ওইন, ঐন মীৎ য়াওদন তৌব ঙম্বদুগ চপ-মান্নন চরা হেনবসি য়াওদন ঐন পাঙথোকপ ঙম্মি। মীৎন মপানগী জগতা ওইব অমুওবা, চরা হেনবনা মসুংগী (-সুংগী) ওই।

ঐগী মন্তা ইশা অমসুং অতোম্বু খেংকোক্লবগীদমক্তা চন্না হেনব অসি যুগ্ম কয়া পুন্সিরক্লব চৎনবীনি অমসুং মীওইবনা ঈশ্বরবু খাজনিবমখে মসি হিংখিগনি। মসি অরাব্ব অমব খঙ্গোইদগী শর্ব্বশক্তিমান্দা লাকপ লাইশোন্ননি........ ........

ঐগী পুন্সি অস্তুম চন্না হেনবগী থৌদোক কয়ান শেয়ে। মসি লাইশোন্দ খ্বাইদগী পুকচেল শেংব মওং অমনি।

চন্না হেন্দ্রবদি লাইশোন লৈতে, অমসুং লাইশোন য়াওদন অশেংব চন্না-হেনবসি লৈতে হায়বসি ঐন থাজে।

মপুঙফান চন্না-হেনব অম হায়বসি ঐগী হায়ব ৱাখলদু মপুঙ-ফান অমদি ময়েক শেংন থাদোকপনি। মসি খ্বাইদগী শেংলব লাইশোন্নি। 'ঐগী পুনসি অসি লৌরো অদুগ পুন্নমক অসিবু মতম পুন্নমক্তা, নংগীদমক্তা ওইহনবিয়ু' হায়বসি অচম্ব চীন্বালগী ৱা অম নত্রগ লৈশি-লৈথোনগী রাঙাঙ অম নত্তে, ওইরোইদ-বনি। মসি খজিকফাওবা খাকপ লৈতন থোক্লগদববু থরোইদন অমদি হরাওন পীব অম ওইব তাই। চীঞ্জাক অমসুং ঈশিং-মকপু থাদোকপ অসি হৌগৎলকপদ ঙায়রিব, থাদোকপ-কথোক-পগী খ্বাইদগী য়ামদব শক্তি।

চন্না হেনবনা ঈশ্বরগী থৌজালগী মহয় নত্রবদি, হেন্ন ফত্তব ওইত্রগস্থ, কান্নদবদা চাব ফংন্দ্রন হনব ওই।

তোংশাগী অপাম-থৌরাংব অসিন মী অমদা অকায়ব ওইহনব মতমদা, মদুবু মাঙহনবগী দরকার ওই; তোংগী অপাম্ব নমথব মতমদ অমসুং খবক তৌনবগী খুংলাই অম ওইন্র

শীজিননব মতমদ মসি পাপ অম ওই। অতোপ্প য়াহৈশিংদ তোংগী অপাম্ববু মাঙহনব অসিদি মনুংদ অকব অমত্ত লৈতে।

"তোংশাগী অপাম্ববু পেলহনবদি অরানবনি হায়বসিদা করিগুম্ব থর লৈগনি। নঙন তোংগী অপাম্ববু মপুঙফান নমথদ্রবদি ঈশ্বরবু মাঙ্গোক্লনা উনব অসি ওইথোক্লবনি। ঈশ্বরগী মন্দির অম ওইন মসিদা লৈরিবসিন পাপ্পে অম ওইন থবক তৌবনা য়াকম অমদি অমসুং তোংশাগী হকচাং অম ওইন মসিদ লৈরিব অসিবু ইম্বোকপ (হুন্দোকপ) অসিন অতোপ্প অমনি।

ঐ ইশামক্ল থে নবদগী অমসুং অঙাওব মীন থেংনবদগী, ঐন চিংনদনা হায়রি, (১) নঙন পুক সুঙাইত্রবদি, (২) ঈ য়াৎপগী লায়নান নারবদি, (৩) লাইহৌন নারবদি, (৪) চাব তুমদ্রবদি, (৫) কোক চীক্লবদি, . (৬) Rheumatic হায়ব লু-তাং চীকপ লায়নান নারবদি. (৭) Gout হায়ব ঈদা Uric acid য়াৎপগী লায়নান নারবদি. (৮) খোয়দৌ শাউগৎলবদি, (৯) নীংব কায়ন পুক্লিং হল্লবদি, (১০) হেক্তিন্ন সুঙাইরবদি, চরা হল্লু অদুগ Medical Prescription অমসুং Patent medicine অদুদগী নাম্বোকপ য়াগনি।

য়ু থকপ মপা অমগীদমক্ত মচা অমন চরা-হেনব অদুগুম্ন অধিকারশিং অদু লৌথোক্লব নত্তব তৌইগুম্বসুং মহাকপু সংস্কার তৌনব (ফগৎহন্নবগী) দমক্তা সুংশিব মী অমগী মায়োক্তা চরা-হেনবগী থবক অসি শীজিন্নব য়াই। বোম্বেদা অমদি বড়োদানীদা ঐন চরা হেনখিবদু মতুগী মওংনি। ঐবু সুংশিব

মীওইশিং অদুবু কগৎহন্নবগীদমক্তা ঐন চয়া-হেল্লম্মী। জেনেরেল ডায়রক্তর ঐবু নুংশিদবত্ত নত্তন, ঐগী য়েক্নব মী অম ওইন মহাক মশামক্ত খঙবা মহাকপু কম্‌ৎনবগী (সংস্কার তৌনবগী) দমক্তা ঐন চয়া হেল্লোই।

ঐন চয়া-হেল্লিবশিং অসিগী দায়িত্ব ওইদে। ইশাগী নুঙাইনবগীদমক্ত ঐন মখোয়শিং অসি তৌরুব নত্তে। মিংচৎপু নুংশিবগীদমক্ত ঐন তোংদ ওৎপ পামদে। অয়াম্বগী অরাব অমম্বুং চয়া-হেম্বগী নুঙাইতব কয়া ঐন হয়াওন খাঙলগম্লু, ঐন অরাব খাঙদে হায়ন কনা অমত্তন হায়গম্লু। চয়া-হেম্বশিং অসি খাঙব ঙমই মরমদি হেন্না রাংব 'শক্তি' অমন মখোয় অসিবু ঐগী ঈ-মক্ত হাপচিল্লকই অমম্বুং নুঙাইতব অদুবু খাঙননব পাঙলম্লু 'শক্তি' অদুদগী লাকই।

ঐন খঙজবদা, চয়া-হেম্বগী খুৎলাই অসি ইরায়-লায়ন শীজিন্নব য়াদে। বিদ্যা অসিদ হৈশিংলব মী অমন মসিবু শীজিন্নব নত্রবদি মসিদ ইরায় লায়ন হিংসা য়াওই (হিংসাগী মহাও ফংই)। বিষয় অসিদ ঐ অসি অসিগুম্ব কলাকার অমনি হায়ন দাবী তৌরি।

মীওইবগী নিয়ম পুম্নমক্তুম্ন, চয়া হেম্ব অসি আইন্ন য়াব অমম্বুং য়ারব অনিমক্তা শীজিন্নব য়াই। তৌইগুম্বশুং সত্যাগ্রহগী খুৎলাই-পুক্তেদা। নৈব অচৌব খুৎলাই অম ওইন, মসিবু লায়ন শীজিন্নব য়াই হায়বগীদমক্তা, মসি থাদোকপ ঙমদে।

(৮)

# ঐগা চানদবশিং

ৰীৰেন্দ্ৰ যুক্তম ওইৱগ ঐন খঙব ঙমদব, অমদি ঙাকথোকপ ঙমদব মমাঙগৈগী ফিদমশিং নত্ৰগ থবক অচুগী মখা পোন্দুন লৈবসি ঐদি য়ানীংদে।

ৱাজনীতিগী খুদোংচাব ফংনবনি হায়দুনা নীতি অমত ঐন থাদোক্তে। ঐগী লেপ্পাইদবশিং হায়বদি অহোংব কয়াসি ঐন য়াগদবনি। তৌইগুম্বসুং 'মহাত্মা' হায়ন ঐবু হায়ৱবনিনা, 'অপঙবা মঙংদ থাদোক্তনা লৈব (হায়বদি হোংদন লৈব)' অসি অপীকপ পূকচেল কয়াগী তম্নৱাইনি হায়ব ইমরসনগী ৱাঙাঙ অদু ঐন নীংথিজন য়াগনি। ঐন খঙবদ, ঐগী লেপ্পাইদবশিং অসিদ নিয়ম অম লৈ। ঐগী মত্ত প্ৰকৃতিদ তশেংন উৱিব মখল কয়াগী মসুংদ অমত্ত ওইব হায়বদি অপুম্ব অম লৈবগুম্ব, মৱেক শেংন উৱব ঐগী লেপ্পাইদবশিং অসিগী মসুংদ অৱেপ্প (হোংদব) অম লৈ।

ঐবু খঙবীব মৱূপশিংন ঐ অসি থম-থম থেংন থবক তৌব পাম্ব মীগুম্ব, য়ায়মৱপ ওইন তৌব পাম্ব মীসুনি, অদুগ মৱূ ফংন হোংহম্ব পাম্ব মীগুম্ব মমাংগৈগী ফজববুসু মাঙহল্লীংদব মীসুনি হায়বিৱে। থমথেংন থবক তৌব পাম্ব মীশিংগী মসুংদ মৱূপ থম্নবগী লাইবক ফবদো মসিননি। য়ানশিন্নৱিব হায়বদি পুনশিন্নৱিব অসি ঐন থাজবদ অহিংসাগী মত্ অসি লৈবননি।

অরেপ্পা লৈতব হায়বদি অহোংব অসি ময়েক শেংনা উই। মখন্না মখলগী খেন্নব ফিবমশিংদা ঐন পাউখুম পীবনা হায়বদি মতাং চান-চান থবক তৌবনা মরূপ কয়াদস্ মওং মওঙ্ ওইনা ঐবু উই। ময়েক শেংনা হোংব (লেপ্তব) অসি ভশেং-নমক মপুঙ্ফান ওক কবনি।

পৃথিবীবু ওকহনব অসি ঐগী লাইবক থীব নত্রগা লাইবক কব অম ওইরক্লি। অনৌব চাংয়েংশিং নত্রগা অনৌব মওঙ্ অরিব চাংয়েংশিং অসিনা কবিগুম্ব মতমদা ভাব তানদবা থোকহন্লি।

ঐগী পুন্সিগী থবক অমফাওবনা কনাগুম্ব মী অমগী নত্রগা জাতী অমগী মাওনবা তৌখিদ্রি. হায়বা অসি ঐগী চন্নবা পুন্সিম্ মপুঙ্ফান ইন্নবা মীওইশিংনা মপাম্মোংদদা ওইরম্ হায়দবা ওমদে ... .... .... .... .... .... .... ... অরাম্ব লৈত্রবনি হায়না ঐন হায়জদে। হিমালয়গুম্ব চাউরবা অরাম্ব কয়া তৌগ্রে হায়বসি ঐন খঙই, তৌইগুম্বসুং মখোয়বু ঐন ভাব তান তৌখিবদি নত্তে, অমরোমদস্ মী অমদা, জাতী অমদা, মীওইবা নত্রগা মীওইবদগী হন্থবা পুন্সিদা য়েংথীনবা লৈখ্রে হায়বাসি ঐদি খঙদে।

অরেপ্পা, হোংদবা ওইনা উহনগা, ঐগা মন্নী সুক্রে লৈনদে। অচুম্ববু ঐন ফংনবা তাবদা ঐগী আদর্শ কয়া কায়দবা ওইনা ঐন ছন্দোক্লে অদুগা অনৌব কয়াম্ তয়ে। ঐগী মনুংদা চাওখৎলকপ অদু লেপ্লে অদুগা ঐগী চাওখৎলক্লিব অসি হকচাংগী তোং অসিনা মাওখিবদা লেপথিনি হায়না ঐন ফাওদে। অচুম্ব হায়বদি ঈশ্বরগী য়াথং অদু মীকুপ খুদংগী ইবন' ঐগী ঈথো ওই।

কয়ানা চাংয়েং অসিবু মতৌ করম্না মায়োক্নগদগে? তৌই-গুম্বস্নুং কান্নদবশিং অদুবু কনানা থিংগনি? কান্নব অমস্নুং কান্নদবসি, সাধারন অমা ওইনা অকব অমস্নুং ফত্তবগুম্না পুম্না চৎকদবনি, অদুগা মীওইবনা মহাক্কী অপাম্বদু লেপকদবনি।

ঐনা ইন্নিবশিংগী মনুংদা চুমদবগী মফম লৈতে। মরমদি অচুম্ব নত্তব ধর্ম্ম অমত্ত লৈতে হায়বসি ঐগী লেওম্রব থাজবনি, অদুগা মরমদি, অচুম্বগা শিন্নদুনা কংব খুদিংমক ঐনা থাদোকপ ঙমই।

ঐনা ইন্নিবশিং অসি কনাগুম্ব অমদা তুকচব অদু য়াওব ঙমদে, মরমদি মালেম্ন লৈরিব অসি মুংশিবননি হায়বসি ঐগী মরা চেৎলব থাজবনি।

## ঐগী জরনেলিজম :

ঐনা জরনেলিজম অসি মশাগীদমক্তা য়েংদনা, তৌইগুম্বস্নুং পুন্সিদা লৈরব ঐগী থৌদাং ওইনা খনব অদুদা মতেং অমা ওইনা ঐনা পায়খৎলি। ঐগী থৌদাংদি অহিংসা অমস্নুং অচুম্বদগী থোরকপা সত্যাগ্রহগী লাম্বা লৈতব খুৎলাই অদু শীজিন্নব পুকচেল লাকশিল্লগা খুদম পীদুনা অমদি পাউতাক পীদুনা তাকপ-বুনি ... .... .... মরম অদুনা ঐগী থাজবগা চান্নবগীদমক্তা, শাউনা নত্রগা পুকচেল ফত্তনা ঐনা ইদব তাই। ঐনা তন্ ন ইদব তাই। কাথ্ পোকহন্নবগীদমক্তা ঐনা ইদব তাই।

ঐনা চয়োন খুদিংগী থন্নগদব য়াকমশিং অমদি ঐগী য়াইহৈগী পুকৈ খনবদ ঐন পুকচেল কাজিনব তাব অদুগী য়াথপ অদু

পাঠক্তা লৈব ওমদে। মসি ঐত্তোন্দা শিক্ষা অমনি। মসিনা ইশামকী মনুংদা য়েংশিল্লগা ঐগী অশোনবশিং অদু পুথোকপা ওমহল্লে। ঐগী চাউথোকপনা অয়াকপ ক্লা কোংদোকপ নত্রগা অকনব বিশেষন অমা ওইরব ঐগী অশাওব অদু তোয়ন কোংদোকহল্লি। মসি কৌবীশিংনাংশিং অসিবু লৌথোকখিনব অকিব চাংয়েং অমসুং নিওথিজরব অভ্যাস অমনি।

আত্মা'না ঐত্তোন্দা তাক্ললবতদা ঐনা ই। ঐনা জ্ঞান তানা খল্লিবা অমসুং তৌরিব থবক পুন্নমক আত্মানা য়াথং তৌরকই হায়না লেপ্পমক খওলবনি হায়না ঐনা দাবী তৌদে। তৌইগুম্বসুং, খ্বাইদগী অপীকপা ওইনা লৌরিব মীওইশিং অদুগুম্না ঐগী পুন্সিদা ঐনা পায়খৎলিবা খ্বাইদগী চাউব থবকশিং অদুবু কূপ্ন য়েংলগা, ঐনা খল্লি-মখোয় পুন্নমকপু আত্মনা তাক-লকই হায়বদ চুমদব ওইরোই।

ঐগী রাখল ফোংদোকপগী মতাংদ ঐগী হৌরকফম খর লৈ। তৌইগুম্বসুং ইরিবা এসি মখা তারব পোৎথোক অমনি ; ঐগী রাখলশিংবু শন্দোক্লবা ঐনা ই। জরনেলিজমদি ঐগী শিনফম নত্তে।

ঐনা তৌরিব অসি লৈহৌগনি, ঐনা হায়রিবা অমদি ইরিব অদুদি নত্তে।

# অহুম্বদি ঈশ্বরগী

**ঈশ্বর লৈ :**

খুদিংমক্তা লৈবা, সংজ্ঞা পীবা ওমদব, অওকপ শক্তি অম লৈ। ঐনা মসিবু ওইরুত্রগদ্ব, ঐনা ফাওই ( পুক্লিংদা )। মশাগমকপু ফাওহল্লিব ( পুক্লিংদা ) অদুগা প্রমাণ পুম্নমকপু পীংনরিব অসি উদব শক্তি অসিননি, মরমদি মসি ঐগী ইন্দ্রি-শিংনা খওলিব পুম্নমক্তা অম্বুপকী মতীক মামদে। মসিনা ইন্দ্রিশিংগী মথক্তা লৈ। তোইগুম্বস্তুং ঈশ্বর লৈ হায়ব অসি তর্ক তৌদুনা পুথোকপদা থর ফাওবদি ওইথোকই।

ঐনা ময়েক শেংদনা উই ( ইন্দ্রিগী মতেংনা ) মদুদি ঐগী অকোয়বদা লৈরিবা খুদিংমক অসি মতম পুম্নমক্ত হোংব নাই, মতম পুম্নমক্ত শিবা নাইবা অদুগা হোংবা লৈত্রব, পুম্ন-মকপু পুনশীনব, শেম্ব. থুগাইব অমস্তুং অমুকন্তু শেমগৎপ অহিংব শক্তি অমা হোংবা নাইরিবা পুম্নমক অসিগী মস্থুখা লৈ। হিংহল্লিব শক্তি নত্রগা আত্মা অদু ঈশ্বরনি। অদুগা ইন্দ্রিশিংনা মরম ওইদুনা ঐনা উরিব অতৈ অতোপ্পশিংদি লৈথব ওমদব নত্রগা ওমলরোইদোব মরম্বা, মহাক্তনি-লৈরিবদি।

অদুগা শক্তি অসি থৌজাল হৈত্রা নত্রগা থৌজাল হৈতব্রা ? ঐনা মসিবু শেংনা থৌজাল লৈব ওইনা উই। মরমদি ঐনা উবা ওমই মদুদি অশিবগী মরক্তা পুন্সিনা চৈথে, চুমদবগী মরক্তা অচুম্বনা চৈথে, অমম্বগী মরক্তা মঙামা চৈথে। মরম অদুনা ঐনা থজব্রু

ঈশ্বরদি" পুন্সিনি, 'অচুবনি, মণ্ডান্নি। মহাক্তি 'সুংশিবনি। মহাক্তি অথোইব অকব অচুনি।

ঐনা ইশানা য়ানা ফোংদোকচরি ………… মহাদ" ঐনা তর্কনা মরম ওইদুনা থাজহনবা………………… ন্যায় অমত্তা লৈজদে। শ্রদ্ধানা তর্কগী মথক্তা লৈ। ঐনা হায়জবা ওম্বদি……… ওইথোক্তবা অচুবু হোৎনরুবা নত্তে। করিগুম্বা জ্ঞান তাব নিয়ম অমত্তনা ঐনা কত্তবা লৈ হায়বা ঙমদে। মতু তৌবা পাম্বনা ঈশ্বরগা চপ মান্নবনি। মরম অদুনা ঐনা কত্তববু অসুম্বা শকথঙবা য়ৌনা নোল্লুকচৈ; অদুগা ঐনা মতম শাংনা বারক্লবা অমদি থাঙব কনববু ঈশ্বর হায়না কৌই, চপ চাবা মরমদি মহাক্না জগত্তা কত্তববু য়ারি। ঐনা খঙই মদুদি মঙোন্দা কত্তব লৈত্তে অদুগা কত্তবা লৈরবদি মহাক্না মসিবু হোদোকপনি, অদুম ওইনমক মসিনদি (মহাকপু) শোক্তে।

ঐনা মসিমসু, খঙই মদুদি ঐগী পুন্সি অসিমক মাঙঙ কাওবনা কত্তবগী মায়োক্না ঐনা লান থেংনদ্রবদি ঐনা ঈশ্বরবু করিগুম্বনা খঙলরোই। ঐ ইশামকী নোংলুকপা অমদি অকক্লব থেংনদ্রিব জ্ঞান অসিমক্না য়াজবা অসিদা ঐঙোন্দা পাগল হাপ্লে। অদুপকী মতিক ঐনা শেংনব হোৎনরিবমখে অদুপকী মতিক ঈশ্বরনা নকশিনবা ওইনা ঐনা ইশামকপু কাওজে (পুক্লিংদা)। ঐগী থাজব অসিনা ওসি ওইরিবা, অসুম্বা, ইচম চম্বা মরাক য়াঙঙবা ওইরব, অদুগা হিমালয়গুম্বা লেঙব ঙমদ্রব অমদি

হাংলোই। মতনা ঐগী মাতোন লোইদোকাবব থাই, তৌই-গুম্বসুং মতুনা ঐবু হাংলোই। অচুগা ঈশ্বরনা ঐগী থাজববু খুগাইরবদি ঐ শিরবনি।

নখোয়না মসিবু অন্ধবিশ্বাস অমা কৌব যাই— তৌইগুম্বসুং খুদোংথীবা নত্রগা অরাব মরম অমা লৈরব মতমদা ঐনা অতাং ওইরিঙৈদা রাম নামবু সুংশিনা কোনশিনজবা অতুগুম্বা, মসি ঐনা সুংশিনা কোনশিনজরব অন্ধবিশ্বাস অমনি হায়না ঐনা ইশানা যানা কোংদোকচরি। মতু অইল ওইরব ঐগী নস অতুনা ঐওোন্দা তথীরবনি।

ঐনা থাজে মতুদি ঐখোয়না মীবু কিব লেপ্তুনা ঈশ্বরগী অচুম্ব অতুভবু কংনব হোৎনরবদি, ঐখোয় পুম্নমক ঈশ্বরগী শক্তি-জেল মীওাক্তা ওইব যাই। ঐনা লেপ্পমক থাজে ঐনা ঈশ্বরগী অচুম্ব অতুনবু কংনবা হোৎনরি অতুগা মীবু কিব অপুম্বা মাওব্রে।

... .... ... ঐওোন্দা ঈশ্বরগী অনৌংবা অতুগী থোইদোকপা প্রকাশ অমত্তা লৈতে। মহাক্না মীপুম খুদিংমক্তা সুমিৎ খুদিংগী মশামকপু প্রকাশ তৌই, তৌইগুম্বসুং অপীকপা অচাকপা খোজেল' অতুদা ঐখোয়না নাকোং মেনশিল্লি হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি। ঐখোয়গী মাওদা লৈরিবা মৈগী মুমীদা ঐখোয়িনা মিৎ পুমজিল্লি। ঐনা মহাক্না মকম খুদিংদা শীত্ত অর্জুন লৈঙবু থওই।

ঐনা অতকপা কয়া তৌব অশী হায়না ঐওোন্দা ইরকপা মা থরনা থনবগুম উই। অচুবগী ভক্ত ওয়া ওইনা ঐনা হায়জগে

মতুদি ঐত্তোন্দা, মনিঙবা খুম্মোল অসি লৈতে। ঐনা লৈবা মুৎ শক্তি পুরমক ঈশ্বরদগী লাকই। তৌইগুমন্নুং মহাক্না হাক-থেংনন্না থবক তৌদে। মহাক্না মহাকী মশাং লাকডমক্তবা ঐফৌদি-শিংজুনা মরম ওইজুনা থবক তৌই।

**ঈশ্বরগী মহৌশা:**

ঐত্তোন্দা ঈশ্বরদি অচুম্বা অমসুং সুংশিবনি; ঈশ্বরদি, নৈতিক অমসুং সদাচারনি; ঈশ্বরদি কিদববুনি। ঈশ্বরদি মঙান অমসুং পুক্নিংগী হৌকমনি অদুম ওইনমক মহাক্তি মথোরশিং অসিগী মথক্তা অমসুং মপান্দা লৈ। ঈশ্বরদি বিবেকনি। মহাক্তি নাস্তিকী লাই লৈতে হায়না থাজরিবা অদুনি। মরমদি মহাকী মপান নাইদব সুংশিবদা ঈশ্বরনা নাস্তিকপু হিংহল্লি। মহাক্তি থম্মোয়শিংবু থিরিব অদুবুনি। মহাক্তি বাক্য অমদি তর্কগী মথক্তা লৈ। ঐখোয়না ঐখোয় ইশাবু খঙজবদগী হেন্না নীংথিজনা মহাক্না ঐখোয় অমসুং ঐখোয়গী থম্মোয়বু খঙই। মহাক্না ঐখোয়গী ম্রাইহেদা ঐখোয়বু লৌদে, মরমদি মহাক্না খঙই মদুদি থরনা খঙনা অতোপ্পা থর অমনা খঙদনা ঐখোয়না মসিবু হায়রিবনি ম্রায়বসি মহাক্না খঙই।

মহাকপু লম্নাই ওইনা লৈবা পাম্বা মীশিংদা মহাক অসি লৈনাইগী ঈশ্বর অমা ওই। মহাকপু শোকপা পাম্ব মীশিংদা মহাক অসি দেহ ওইনা ফোংদোকই। মহাক্তি ম্রাইদগী লুপ্তবা (মোত্তবা) অশেংবা অদুনি। মহাক্তি থাজবা মীশিং অর্দুনা ইকম [illegible] লৈ। মহাক্তি মী পুন্নমক্তা পোৎ পুন্নমক ওই মহাক্তি ঐখোয়গী সুংস্না অমদি ঐখোয়গী মথক্তা অমদি ম্রাংক্না লৈ।

তমথীবা, চুথকবশিং নত্রগা মীওইবনা হৌনদবা শারমচৎশিং মহাকী মিংদা তৌরগনু মহাক্না লৈতবা তৌবে। মহাক্কি শাংনা অরাবা থাঙই। মহাক্কি ঈংথৈ, তৌইঙ্গথনুং মহাক্কি তমথীবনু ওই। মহাক্কি লৈরিব অমদি লাকদৌরিব জগৎ অপুম্বদা থ্বাইদগী নাম্ভোকপা শক্তম অমনি। ঐখোয়না ঐখোয়গী থুম-লোয়বশিং — মীওইব অমত্তুং শা-শিংদা শরূক তন্নিব অঙ্গমক মহাক্না ঐখোয়দা তৌই।

মঙোন্দা অজ্ঞান্দি ঙাকপীনব মরম অমা ওইদে অচুগা মচুনা (অজ্ঞান) মরম ওইচুনা মহাক্না মতম পুম্নমক্তা ঙাকপীরি, মরমদি মহাক্না মতমলৈবথিবিক্ত অনুতাপ তৌঙ্গনবগী থুদোংচাবচু ঐখোয়দা পীরি।

মহাক অসি জগৎনা থঙলব গণতন্ত্রীকবাদী অমনি, মরমদি কন্তব অমত্তুং অফবগী মরক্তা ঐখোয় ইশানা থঙ্গনবা ঐখোয়বু মহাক্না 'য়োক্সিং পুন্দে'। মহাক্কি মতম অপুম্বদা থঙনরব থ্বাইদগী চাউব মীওৎপা (Tyrant) অচুনি, মরমদি মহাক্ন ঐখোয়গী চিনথাম্নগী কপ অচুবু তোয়না খত্তোকপী অচুগা ঐখোয় ইশাবু — মাঙহনজরগা মহাকীদমক্তা মুঙাইনব মতীক-চাদব চাং অচুম ঐখোয়বু নিঙতম্না থঙবগী মওংদা থম্মী।

হিন্দু ধর্ম্মনা মসিবু মহাকী কুচৈ ঙাক্কনি — লিলানি হায়না কৌই নত্রগা মীনম্বা ঙাক্কনি — মায়ানি হায়না কৌন-খিবনি মরম অচুননি। ঐখোয়না লৈব নত্তে, মহাক্কন লৈ। অচুগা ঐখোয়না লৈরম্বি ঐখোয়না মতমচুম্বদা মহাকী পাগৎ

খুদেং থকনি। অদুগা মহাক্না অনীংবদু তৌগদবনি ঐখোয়না মহাক্কী বাশি Tune অদুগা তীন চানা জগোই শাসি অদুগা পূর্ণমক অকৈব ওইরগনি।

ঈশ্বরদি মালেম অসিদা ঐনা খঙলব খ্বাইদগী অকৈনব থবক পায়ব অমনি, অদুগা মহাক্না নখোয়বু মপুং ফানা চাং য়েংই অদুগা নখোয়গী থাজব অদুনা কায়থরক্লব নত্রগা নখোয়গী দেহনা নখোয়বু নিঙব কায়হল্লব অমদি নখোয়না পূরিং হন্দক্লব মতমদা, মহাক্না দেশা অমবু ওইরবদু অমবু ওইরবদু নখোয়গী নত্তেং পাংলকই। অদুগা নখোয়না নখোয়গী থাজবদু মাঙলোই-দবনি অমসুং মহাক্কি মতমলৈবখিবিক্তা নখোয়না কংব ওদ্রগী মনুংদা লৈ, তৌবতদি মহাক্কী সর্ত্তদনি, নখোয়গী সর্ত্তদ নত্তে হায়বসি নখোয়দা প্রমাণ তৌই। অমুম্মা ঐনা থেংনরে। অরোইব পুংজাদা মহাক্ন ঐবু থাদোকখিব মতাং অমা কাওব ঐহাক্ন তশেংন নিঙশীংদে।

ঐগী অঙনব নহা ওইরিঙৈগী মতাংদ হিন্দু ধর্মগী লাই-রিকশিংদা ঈশ্বরগী নাম লিশিং অমা হায়না খঙনব অদু হন্ন হন্ন শোমব ঐঙোন্দা ওদ্বীরশী। তৌইগুমবসুং ঈশ্বরগী নাম লিশিং অমা অসি করিগুম্বদা লোইব লৈত্তে। ঐখোয়মা থাজে— অদুগা ঐনা থমথদা মসি অদূখনি — মদুদি ঈশ্বরদি লৌরিব জীবশিংগা চপ মান্নব নাম লৈ অদুগা মরম অসিনা ঐখোয়মদু হায়রি মদুদি ঈশ্বরদি শিং লৈত্তে, অদুগা অদবদগী ঋষিং অদু

অসিমু ঐনা থেংনরমই। জনতা অহিংসাগী মাথলদা মুংশিব অনিগী (rotaries) মশীং অকংবনা নৈ হায়ব অসিমু ঐনা থেংনরবই। তৌইগুম্বসুং ঐনা অচুম্বগী মরীদা অনি লোণ্ড অর্থ অমত্তা কবিগুম্বদ থেংনরমদে অদুগা নাস্তিকশিং কাওবদ অচুম্বগী দরকার নত্রগা শক্তিনা সূকয়েৎ য়েৎথিত্রে।

তৌইগুম্বসুং মথোয়না অচুম্ব পুথোকপবু পাম্বনিনা, নাস্তিকশিংনা ঈশ্বর নৈ হায়বসিমক —মথোয় মশামকী মিৎয়েংদগী, অশেংনা লাল্লি হায়বদ চিংনব নৈতে। অদুনা ঈশ্বরবু অচুম্বনি হায়বদগী, অচুম্ববু ঈশ্বরনি হায়বনা ঐনা হায়খিবনি ঐনা উজরিব তর্ক অদুগী মরমদি মসিন ওইরমই।

ঈশ্বরদি অচুম্বনি, তৌইগুম্বসুং ঈশ্বরদি অতোপ্প পোৎশক কয়াগু ওই। অচুম্বনা ঈশ্বরনি হায়না ঐনা হায়জরিবসি মদুননি ..... ..... ..... ..... অচুম্বদি ঐথোয়না মিং থোল্লিব মগুণ কয়া অদুগী মমুঙদা অমা নত্তে হায়ব অসিদা নীংশিংঙু। মসি ঈশ্বরগী অশেংব শক্রোম্নি; মসি পুন্সি অদুনি, অদুনা ঐনা অচুম্ববু থাইদগী মপুংকাব পুন্সিগা অমত্তা ওইনা লোই, অমসুং মসিব (পুন্সি) মতৌকরম্না অশেংব পোৎশক (Concrete thing) অমা ওইরিবনো হায়বদি মদুননি, মরমদি ঈশ্বরদি মহাকী সৃষ্টি অপুম্ব অমনি, লৈরিব অপুম্ব অদুবুনি অমসুং লৈরিব অপুম্ববু সেবা তৌব অচুম্বনা ঈশ্বরবু সেবা তৌবনি।

মপুংফাবনা সর্ব্ব শক্তিমানগী গুণনি, অদুম ওইনমক মহাত্মি কবাদ চাউথ্রব গণতন্ত্রিকবাদীনো। মহাত্মা ঐথোয়গী অয়াম্বা.

অমদি – হায়জিনব কয়া অমা খাঙলিবা। মহাক্ন ঐখোয়দা, ঐখোয়গী অকোয়বদা অমসুং ঐখোয়গী মুংদা লৈরিব এটোম খুদিংমক্তা লৈরগসু, মহাক্না মহাকী পীকথ্রব জীবশিং ওইরব ঐখোয়না মহাক লৈরি হায়বসিমক হংবগী অরাবা অদু ফাওব খাঙলি। তৌইগুম্বসুং মহাক্না খনগংপা মীওই অদুতদ ফোঙ-দোক্নবগী অধিকার অদু মহাক মশাদা ফাজিন্দুনা থমই। মহাক্তি খুৎ খোঙ অমদি অতোপ্প ইন্দ্রিশিং য়াওদনা লৈব অমনি, অদুম ওইনমক মহাক মশামকপু ফোঙদোকে হায়না খনগৎলবা মহাক্নদি (মীওইনদি) মহাকপু উব ঙমই।

## সেবান ঈশ্বর:

ঐনা ঐগী মুংদা ঈশ্বর লৈ হায়বসি ফাওরমদ্রবদি, মুমিৎ খুদিংগী অসুক য়াম্না অরাব অমদি নিঙব কায়ব ময়াম উরিবসিগা মান্নন‍া ঐ অসি চোইরোন লোনব অঙাওব অমা ওইরমগদবনি।

ঐনা ভারত্তা খ্বাইদগী হন্থবশিং অদুগী অরাব অদু ইশা-মকী ওইনা লৌরব, হোয়, জগত্তা খ্বাইদগী হন্থবশিং অদুগা, অমত্তা ওইনা লোনবগী শক্তি অদু ঐঙোন্দা লৈরবদি, ঐনা য়েংশিল্লব অপীকপশিং অসিগী পাপ অদু ঐ ইশামকী ওইনা লৌজগে। অসুম্না নোল্লুক্না তৌরগা, ঐনা নোংমা ঈশ্বর— অচুম্ববু মায়োক্নন‍া উনগনি হায়না আশা তৌজে।

ঐনা মীওইবগী সেবা তৌরগা ঈশ্বরবু দর্শন তৌনব হোৎনরি, মরমদি ঐনা খঙই মদুদি ঈশ্বরদি স্বর্গদসু লৈতে, মথাদসু লৈতে, তৌইগুম্বসুং মী খুদিংমকী মুংদা লৈ।

ঐদি মপুম অদুগী তৎন-খানব য়াত্রব শরুক অমনি, অদুগা ঐনা মীওইবগী লেমহৌরিব শরুক অসিদগী তোঙান্না মহাকপু ফংব ঙমদে। ঐগী ইরৈবাক মচাশিংনা ঐগী খ্বাইদগী নকুব য়ুমলোম্নবশিংনি। মখোয় অসি অস্বপকী মতৌক উপায় লৈত্রে, অস্বপকী মতৌক মরম লৈত্রে, অস্বপকী মতৌক ভস্থরে মদুদি ঐনা মখোয়বু সেবা তৌবদা খোয়জংগদবনি। ঐনা মহাকপু হিমালয়গী কুফা অমদা থেংনগনি হায়না ইশামক্তা থাজরম্নবদি ঐনা মকম অদুদা খুদক্তা চওশিল্লমগদবনি। তৌইগুম্বসু ঐনা খঙই মদুদি ঐনা মহাকপু মীওইবদগী তোঙান্না তানা ফংব ঙমদে।

ঐনা ঐগী মীয়াম লাক্ক কয়াবু খঙই হায়না চাউথোকচরি। নোংমদা পুং ২৩ চুপ্পা ঐগা মখোয়গা লোয়ননা লৈ। মখোয়দি ঐনা অহানবদা অমদি অরোইবদা য়েংশিবনি মরমদি মরোন খোক্তব মিশিংন কয়াগী থম্মোয়দা ফংগদব ঈশ্বর অদু নত্তনা ঐনা ঈশ্বর অমত্তবু মশক খঙদে। মখোয়না মহাক লৈ হায়বসি খঙদে; ঐদি খঙই। অদুগা অচুবা ওইরিব ঈশ্বর নত্রগা ঈশ্বর ওইরিব অচুম্বশিংদুবু সেবা তৌদুনা ঐনা পূজা তৌই।

**লমজীংব অমসুং কনবিব:**

ঐগী অমত্তা ঙায়রব লমজীংব ঈশ্বরগা লোয়ননা........ ঐ চৎকনি। মহাক্তি কল্লক চাউব ভগবান্নি। মঙোন্দগী কনা-গুম অমত্তনা মহাকী শক্তিগী শরুক য়াব ঙম্লোই। মরম

অদুনা, মী অমনা য়াম্না শোম্না, করিমত্তা য়াওদনা অদুগা পুন্না শরনাগর্তগী রাখলদা মাগী মাওদা থোকপ তাই অদুতদা মহাক্না নখোয়বু জগৎ অপুম্বগী মাওদা লেপ্ল ওমহল্লি অমসুং মাঙ তাকপ পুন্নমক্তগী নখোয়বু কনবি।

ঐনা পান্না অসিমা তম্রে মতুদি মী-শইবদ ওইথোক্কবসি ঈশ্বরগী মফমদদি অঙা'না শান্নবনি অদুগা মহাক্কী স্থষ্টিগী থ্বাই-দগী অতোনব অদুগী মরায়বক্তা লৈরিব ঈশ্বরগী গুণ অদুদা ঐখোয়না থাজরবদি ঐনা চিংনব লৈতে মতুদি পোৎ পুন্নমক ওইথোকই; অদুগা মতুগী অথে'ব আশা অদুদা, ঐনা হিংজনা ঐগী মতম অসি লেপ্রি অমসুং মহাক্কী আশাবু ইন্নবা হোৎনৈ।

পাক-চাউরব জগত্তা উপায় তৌবীনবা অমদি মুঙাইকম লৈতবগুম উরবা থ্বাইদগী চমন্নবা নীংব কায়রব ফাওবদা, মহাক্কী নামনা ঐখোয়দা পাঙ্গল হাপ্পী অদুগা চিংনব অমদি নীংব কায়ব অপুম্ব তাম্থোকখি। অতিয়া অসি ওসি লৈচিন্না কুপ্পা য়াই, তৌইগুম্বসুং মঙোন্দা থরায য়াওনা তৌব প্রার্থনা অমনা মখোয়বু তানথোকখিবদ মতীক চাবনি। ঐনা নীংব কায়ব খণ্ডিব্রবসি প্রার্থনাগী মরমননি।

.... .... .. ঐনা নীংব কায়ব অথক্তা খঙদে। অদুগা নখোয়না করিগীদমক্তা লম্বী পীরিবনো? ঐখোয়না থুরুমসি মতুদি অপীকপা, অতোনব অমসুং চাথোক্লব ঐখোয়গী থম্মোয়শিংবু মহাক্না শেংদোকপীনব অদুগা মহাক্না শোয়দনা ঐখোয়গী লাইশোনশিংগী পাউথুম পীগনি। ঐনা খঙব মী কন্নানা

পাঙ্গলগী শোয়বা লৈত্রবা হোৎকক্ম অদুদা মতমলৈবখিবিক্তা মাম্ন ওনশিল্লে।

ঐনা উরে অদুগা থাজে মদুদি ঈশ্বরনা নখোয়দা করি-গুম্বদা মশা ওইনা থোরক্তে ; তৌইগুম্বস্নুং নখোয়গী খ্বাইদগী চমন্ন-ম্ববা পুংজাদা নখোয়গী মুক্তিগী দায় পুব গুম্ব থবক ওইনা থোরকই।

লনাইগী পুজাদি ম্নাইনা বর্নন তৌবা ঙমদে। মসিদি লিশাং শিংনা অমদি ভাব ফাওবা তাদনা চৎথে। মহক্কী মিংনা করিগুম্ব অমত্তবু নাম্ভোকহনখিদ্রব অদুগা মহাক্কা চান্নবা ঐনা লৈনব হোৎনরিব সাক্ষি অমা লৈ হায়বসি ঐনা ফাওদবা ( পুক্সিংদা ) মিকুপ অমা ফাওবা লৈতে।

ঐনা মহাক্কা পাউথুম পীখিদব অসি কবিগুম্বদ থে'নখিদে। ভ্লেলদা লৈরিবৈঙদা ঐগী চাংয়েংশিংদা আশানা খ্বাইদগী চমন্ন-ম্নব মতাংদা ঐনা মহাকপু খ্বইদগী নক্না লৈব ওইনা থেংনরে। ঈশ্বরনা ঐবু থাদোক্লে হায়না ফাওখিবা ঐগী পুন্সিদা ঐনা মিকুপ অমা ফাওব নীংশিংবা ঙমদে।

**ঐ মশক খঙব :**

মীওইব খুদিংমক্ক অতৈ খুদিংমক অসি য়াওদনা ঈশ্বর লৈ হায়না মশামক্কী মুংদা ফাওবা ( পুক্সি'দ ) অদুগুম্বা আনন্দ অমদি বর্নন তৌব ঙমদ্রব, পাপ য়াওদ্রব ফিবম অদু ফংবদ ওই-থোকই হায়না ঐনা থাজে।

ঐনা ফংব পামলিব, ঐনা ফ'গে হোৎনরিব অমস্নুং পাম-লকলিবা .... ... .... ;—মদুদি ঐ মশক খঙব, ঈশ্বরবু মায়োক্ননা

দর্শন তৌব, মোক্ষ ফংববুনি। পল্থুং অসি ফংনব হোৎনবদ ঐনা হিংই অমদি লেঙই হায়বদি ঐনা লৈব হায়বসি ওইরিবনি। রাজনিতীগী ক্ষেত্রদা ঐনা ইবা ভাঙব অমগী তৌরিব অপুম্বসি লক্ষ অদুমক্তদা লমজীংওকপনি।

মরমদি ঐনা মপুঙ ফানা খঙজবদ, ঐনা পুন্সিগী মুংশা স্বর খুদিংবু লাক্লিব, ঐনা মহাক্কী মচা ওইরিব, মহাক অদুদগী হৌজিক ফাওব ঐনা য়াম্না থাপ্না লৈরিব অসিদ ঐঙোন্দ অক্তৎপা অমা ওইরি। ঐনা খঙই মদুদি—ঐবু মঙোন্দগী অমুক থাপ্না থল্লিব অসি মুংদা লৈরিব ফত্তব কামশিং অসিননি, অদুম ওইনমক ঐনা মখোয়দগী নাম্থোকপা ঙমদে।

ঈশ্বরদা থাজরিব অসি তর্কগী· মথক্তা লৈরব শ্রদ্ধা অদুদা য়ুম্ফম ওইব তাই। তশেংনমক হায়রিব মশক খঙবা অসিমক মরূদদি শ্রাদ্ধগী মচাক অমনি, মসি য়াওদনদি মসিবু খঙবা) থম্ব ঙমদে। পোৎশকশিং অসিগী মহৌশামক্তদা মসিনা মদু ওইগদবনি কনানা মহাক্না লৈরিব অসিগী পনথেংশিংগী রাংমা লাম্না চৎপা ঙম্বগে।

ঐনা খল্লি মদুদি মপুংফানা খঙবা হায়বসি দেহ ওইনা ফোংদোক্লিব পুন্সি অসিদা ওইথোক্তবনি। মসি দরকারস্থু লৈতে। অকনবা লেঙত্রবা শ্রদ্ধা অমনা মীওইবনা ফংব ঙম্ব মপুঙ ফারব অধ্যাত্মিকী মতোন অদু য়োনবগী দরকার ওইব অপুম্ব অদুনি। ঈশ্বরদি ঐখোয়গী মালেমদা লৈরিব মথুম অসিগী রাংমদা লৈতে। মরম অদুনা মপানগী প্রমাণদি, করিগুম্বদ লৈব তারবস্থু অদুক য়াম্না কান্নদে।

ঐখোয়না ইন্দ্রিয়শিংগী উপায়না মহাকপু খঙরদি করি-গুম্বনা ওয়রোই, অয়মদি মহাক মখোয়গী য়াংমদ লৈ ঐখোয়না কাওবা (পুক্লিংদ) ওমই। দৈব্য সম্পত্তিদি ঐখোয় ইশামকী সুংনা অরেম্বা লৈতবা চথরি, তৌইগুম্বসুং নিলখোংবা ইন্দ্রিয়শিংনা সুংশিনবা সম্পত্তি অদুবু লুপথহনরে, হায়রিব অসিদি ঐখোয়গী ইন্দ্রিয়শিংনা খঙব ওম্ব নত্রগা তাব ওম্ব পোৎ খুদিংমক্তা মায়-নব অমদি মপান নাইদনা হৈনগ্রব অমনি।

---

(১২)

# অচুম্বা অমসুং কজবা

পোৎ পুম্নমক্কী শককম অনি লৈ—মপান অমস্নং মনুং.... মনু গীদুবু মতেং পাংলিবা অচনভুন মপানগীদু অর্থ য়াওদে..... অশেংব কলা পুম্নমক অসুম অত্মা অদু কোঙদোকপনি। মীওই-বগী মনুংগী আত্মা অদুবু কোঙদোক্লিবতদ মপানগী মওংশিং অদুগী কায়বা লৈ।

মী কয়ানা মখোয়বু মশানা কলাকার কৌজব অমদি অচুম হায়না লৌনবা অসি ঐ খঙই, অরুমওইনমক্ক মখোয়গী থবক্তি আত্মান য়াংখৎলকপ অমদি পোথাব লৈত্রগী থুদম অমত্ত লৈতে। অশেংব কলা পুম্নমক্ক মনুঙদ লৈরিব 'ঐ' হায়বদু প্রকুনব আত্মাবু মতেঙ পাংগদবনি। ঐন আত্মা শকখঙবদ মপানগী

মওঙ অমত্ত য়াওদন চৎথব ঙমই হায়বদি ঐগী মত্যাংর লেপ্লেয়ে। ঐগী মরমদ নখোয়ন কৌনরিবা কলাগী থবক অসুম নখোয়না উত্রগনু ঐগী পুন্সিদ তশেংন মতীকচাব কলা অদু লৈ হায়রগনি ঐন হায়জব ঙমই। ঐগী কা অসিগী মক্সাং 'অসি' ইহাও হাঙব ওইব য়াই, অদুগ ঐন য়ুমথক য়াওব'কাওব' লৈবা য়াই, মরমদি ফজবগী অরোয়-অথম নাইদবা উপাঙ 'অক্ষোকত্রব কোকথক্ত লৈরব থরানমিচাকশিংন লৈতেংলব স্বর্গ অদু ঐন য়েংব য়াই। মাঙদ শন্দোক্লিব লংজব থরানমিচাকশিংগ লোয়-ননা থক্তা লৈরিব অতিয়াবু ঐন য়েংখৎপদ, 'উরিব' মপুঙফাব দৃশ্য অদু করম্ব জ্ঞান তারব মীওইবগী কলান 'ঐঙোন্দ' পীব ঙম্বগে? ময়াম্ন মওঙ অনুম্ন লোনয়ব কলাগী পোংথোকশিং অসিগী মমল অদু ঐম গৌনীংদে হায়ব নত্তে, অদুগ মথোয়শিং অসিগ প্রকৃতিদ লৈরিব ফজবশিং অদুগ চাংদম্নবদ কল্লাদ মতীক চাদবগে হায়বদো ঐন ইত্তোমতদ ফাওই হায়জবনি। মখোয়ন ঐ মশক খঙবরোমদ অস্মাবু মতেঙ পাংলিবমথৈ মীওইবগী কলাগী পোত্থোকশিং অসিগী মমল লৈ।

অচুম্বদ নত্রগ অচুম্বন উপাই ওইতুনা ঐন ফজব উই অমসুং য়েংই। অচুম্ব পুম্নমক হায়বদি অরুপ বাথল নত্তন অচুম্ব কোঙ-দোকপ শক্তমশিং; অয়েকপ লাইশিং নত্রগা উৎপ্লেশিং অসি য়াম্ন ফজে। মী অয়াম্বন অচুম্বদ ফজব লৈব উব ঙমদে, সাধারণ মী-ওইন মসিদ লৈরিব ফজব অসিদগী থাপ্ন চেঙ্খোকই অমসুং য়েং-লুন ঙমদে। মীওইবন অচুম্বদ লৈরিব ফজবসু উব হেক্ক হৌ-রকপ মতমদ, অচুম্ব কলা অদু থোরকনি।

অশেংব কলাকার অমদদি মপানগী মওঙদগী তোঙাম্নৈবগ, আত্মাগী মপুঙদ অচুম্বন ঙাল্লিব অদুগুম্ব শক্তম অদুদদি ফজে।· অচুম্বদগী ভোঙানব অতোপ্প ফজব অম লৈতে। অমত্তোমদ অমুক মপান্দদি ফজব ইয়া য়াত্রব মওঙ কয়াদ অচুম্বন কোঙ-লোকপ য়াই। ঐখোয়দ হায়বগুম্ব, সোক্রেট অসি মহাক্কী মতমদ খ্বাইদগী অচুম্ব ঙাঙব মী অম ওইরম্মী, অদুম ওইদুনসু মহাক্কী মায়দি গ্রীসত খ্বাইদগী থী হায়ন হায়। মহাক্কী পুন্সিচুপ্প অসি অচুম্বমু ফংনব হোৎনব অম ওইরম্বনিন, ঐগী পুক্লিংদদি মহাক অসি ফজরম্মী, অদুগ নখোয়ন নীংশিংব য়াই মদুদি কলাকার অম ওইন মহাক্ক মপানগী মওঙদ লৈব ফজব অদু উবদ হৈরগনু মপানগী মওঙ অসিন মঙোন্দ লৈব অচুম্বগী ফজব অদুবু থাগৎপদ ফিডিয়াসত অথিংব অম ওইরমদে।

অচুম্ব অমসুং চুমদব অসি তোয়ন পূম্ন লৈ; অফব অমসুং ফত্তব অসিসু তোয়ন পুম্ন থেংনৈ। কলাকার অমদসু পোৎশিংবু চুম্ন অমদি লায় য়েংব অসি পুম্ন শক লৈমিম্নদব নত্তে। অচুম্ব মীৎয়েং অদু চথরব মতমদ শেংন ফজরব জগৎ অদু লাকই। অসিগুম্ব থৃদমশিং অসিন পুন্সিদ অতাঙব ওইরবদি, মখোয় অসি কলাদসু অতাঙব ওই।

মখোয়গী মরুমদ লৈরিব সৃষ্টিকারক অদুগী মরমদ ঐঙোন্দ থনহনবনিন ফজবশিং অসিন [ মুখিদাংদ থরানমিচাকশিংগী মরক্ত পানখৎলক্লিব থাজন ঙাল্লিব অমদি মুমিৎ তাবন' ] অচুম্ব কোঙ-লোকই। সৃষ্টিগী মমায়দ লৈরিব অচুম্ব অদু নত্তনদি মওঙ কয়ম্ন

মখোয়শিং অদুনা ফজবা য়াগদৌরিবনো ? ঐনা খুমিৎ তাবগী অঙকপা নত্রগা থাজগী ফজবা অদুবু থাগৎলুবা মতমদা, ঐগী আত্মা অসি সৃষ্টিকারক অদুবু পূজা তৌবদা পাকখোক্লকই। সৃষ্টিশিং অসিদা মা অমসুং মাগী থৌজালশিং অদুবু ঐনা উনবা হোৎনৈ। অদুম ওইনমক, মখোয়না মহাক্কী মরমদা খন্নবা মতেং ওইরমদ্রবদি, খুমিৎতাবা নত্রগা খুমিৎ থোক্লিবশিং অসি ইচম-চম্বা ঐনা খন্বদা অথিংবা পল ঙাক্তা ওইরমগদবনি। আত্মাগী খোঙথাংদা অথি বা অমা ওইরিবা খুদিংমক অসি ওইদ-নমথাক ঙাক্কনি ; মুক্তিগী লম্বীদা নখোয়দা তশেংনমক তোয়না অথিংবা অমা ওইরিবা দেহগুম্বনি।

অচুম্বা অসি অহান্বদা তানগদবা পোৎশক অমনি, অদুদগী ফজবা অমসুং অফবা অদু নঙোন্দা হাপচিল্লক্কনি। মাউন্ট স্মরণ তৌবদা খৃষ্টনা তশেংনমক তাকখিবদু মদুনি। খৃষ্ট অসি ঐগী পূক্নিংদদি খ্বাইদগী মকোক ওইবা কলাকারনি, মরমদি অচুম্ববু মহাক্না উরম্মী অমসুং ফোংদোক্লম্মী ; অদুগা কোরান্না আরব সাহিত্যদা খ্বাইদগী মপুঙফাবা ৱারেং ওইবনিনা মহম্মদসু অদুম ওইবনি— অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, পণ্ডিতশিংনা হায়বসু মদুনি। ফোংদোক্লবগী দয়া অদু মশানা অদুম লাক্লিবনি; মবানিমক্না অচুম্বা অদুবু হান্নবা ফংনবা হোৎনরুবননি অদুগা খৃষ্ট নত্রগা মহম্মদনা কলাগী মরমদা ইরমদে। ঐনা পামলিবা, হিংলিবা অমদি শিগদৌরিবা অসি অচুম্বা অমসুং ফজবা অদুদগীনি।

অতৈ জাগাদা ওইবগুম্না, মকম অসিদস্তু, মী লাক্ষ লাক্ষপু য়েংহুনা ঐনা খনগনি। অদুগা, মসিদা য়াওরিবা অচুম্বা অদু লাক্ষ লাক্ষসিদা উনবা ফজবা মওংদা খঙহন্নবা অভ্যাস পীবা অসি ঐখোয়না ঙমদে। অহাম্বদা মখোয়দা অচুম্বা উৎলু অদুগা মতুংদা মখোয়না ফজবা উগনি........ মী লাক্ষ লাক্ষতা কান্নবা অদু............ঐগী পুক্নিংদা ফজবা ওই। ঙসি অহাম্বদা পুন্সিগী মচং ওইবা পোৎশিং অদু ঐখোয়না পীসি অদুগা পুন্সিগী চীং-লেম্বা অমস্তুং লৈতেংশিং অদুস্ত্র মতুং ইন্নরকনি।

ঈশৈ-নোংমাই অমস্তুং অতোপ্পা কলাশিংবু ঐনা নুংশি, অদুগা ময়াম্না তৌনবগুম্না মখোয়দা মমল অদুকয়াম্না ঐনা হাপ্তে। খুদম ওইনা হায়রবদা, মখোয়বু ভাব তানবগীদমক্তা নিয়ম কানুনগা মরী লৈনবা জ্ঞান অমদি মখোয়গী দরকার ওইবা থবকশিং অদুগী মমলদু ঐনা খঙদে। থরানমিচাক্না চাইথুনা লৈরিবা স্বর্গবু উরুরগা মপান নাইদনা ফজবা অমা ঐগী মীত্তা পীবা মতমদা, মদুনা মীওইবগী কলানা ঐঙোন্দা পীবা ঙম্বা পুন্নমক্তগী অহেম্বা অমা ওই। কলাগা মরী লৈনবনি হায়না ময়াম্না হায়নরিবা থবকশিং অদুগী মমল অদু ঐনা উবা ঙমদে হায়বা নত্তে, অদুবু মপান নাইদ্রবা প্রকৃতিগী ফজবা অদুগা চাংদম্নরুরগা মখোয়গী শেংদবা অদু য়াম্না কন্না লম্নাই ওইনা ঐঙোন্দা ফাওই। পুন্সি অসি কলা পুন্নমক্তগী হেন্না চাউই। মহাক্কী পুন্সিনা মপুঙ ফাবদা খ্বাইদগী নক্লবা মী অদু খ্বাইদগী চাউবা কলাকারনি হায়বসি ঐনা মখা চত্থনা লাউথোকচনীংই। মরমদি অচৌবা পুন্সিগী শোয়দ্রবা য়ুম্ফম অমদি মওং নাইদবা কলাদি করিনো?

ফনা হায়দুনসু, কনা অসি নিপা অমসুং নুপীশিংগী অথোৎপা খুৎথেংননা কোংদোক্লদবনি অদুগা পোংয়াম থোকহন্নবা শেম্বা মথরাই য়াওদবা শক্তিনা থৌবা মেচিন্দি ওইদে।

ফন হায়দুনসু, অচুম্বা ফজবদি অশেংবা থম্মোয়দা লৈ।

কলাদি কলা অমা ওইনা ঈশ্বরনা থোৎনা লৈগদবনি।

মী লাক্ষ লাক্ষতা মরোল লোম্বা ওম্বা কলা অমসুং সাহিত্যবু ঐনা পামই।

---

(১৩)

# কিদবগী পাওজেল।

( The Gospel of Fearlessness )

কিদবা অসি অধ্যাত্মিকী অহান্বা মচাক্নি। পাওদবা মীশিংনা করিগুম্বদা ধর্ম্ম লৈবা ওমদে।

অকিবা লৈবা মফমদা ধর্ম্ম লৈতে।

তরাতরুকশুবা অধ্যায়দা শন্দোক্লা পল্লিবা ঈশ্বরগী গুণশিং অদুগী পরিংদা কিদবা অসিনা মকোক থংই হায়বা অসি গীতা পারবা মী খুদিংমক্না খঙই। মসি ইচম-চম্বা শ্লোক্কী (ছন্দ য়াওরব) অকক্লব দরকারনা ওইবা নত্রগা মফমগী চাউ-থোকচবা অসি ভাব তানা কিদবগী মথাদা লৈহন্নরা হায়বসি ঐনা হায়ব ওমদ্রে। ঐগী মোত্তা, অদুম ওইনমক, থৌদোক অমদ ওইরগসু, কিদব হায়বসিন ইহানহাম্বা থাক অদু ফংবদা

মপুঙকান মতীক চায়। অতোপ্পা অচৌব গুণশিংবু মপুঙ ফাইন-নবগীদমক্তা কিদব হায়বসি থাদোকপ য়াদব ফীভম অমনি (Sinequanon)। মী অয়না মতৌকয়ম্ম কিদব হায়বসি য়াওদনা অচুম্ববু ফংনব হোৎনব নত্ৰগা মুংশিববু থম্ব ওমগনি? মতমগী মতুংইম, 'হরিগী (প্রভুগী) লম্বীদি থৌনাফব মীগী লম্বীনি, পাওদবশিংগী নত্তে।' মফমসিদা হরি হায়ব অসিনা অচুম্ববু অর্থ তৌই, অমস্তুং থৌনা ফবশিং অসি কিদব য়াওরবা, অশোম্বশিংদন শোকহম্ব য়াব থাঙ, রাইফল নত্ৰগ মপানগী খূৎ-লাইশিং অসি য়াওদব অদুগুম্ব মীওইশিং অদুবুনি।

কিদব হায়বসি মপানগী অকিব পুম্নমকসি যাওদববুনি—লায়না, হকচাংদ শোকপ নত্ৰগ শিবা, থুগাইব (লৈবম্বদগী লৈহন্দব), মী অমগী খ্বাইদগী নক্লবা অমদি মুংশিব কায়নবা, মিংচৎ মাঙখিবা নত্ৰগ রাবৌব, অসিগুম্বশিংগী অকিব।

অথোইবা অদুবু খঙলব মহাক অদুতনা মপুঙ ফারব কিদব হায়বদু ফংব ওমই, মরমদি মসিন মায়াশিং অসি য়াওদবগী অরাংব মতোন অদুবু অর্থ তৌই। তৌইগুম্বস্তুং মী অমনা লেপ্পমক অমদি হোংদনা হোৎনদুনা অমস্তু' মশামক্তা থাজবা হেনগৎহন্দুনা পস্থুংফমসিদা মতমলৈবখিবিক্তা চথব ওমই........

মম্নুংগী য়েক্লবশিংগীদমক্তদি, ঐখোয়না মখোয়বু কিনা মতম-পুম্বদা চৎকদবনি। ঐখোয়না শাগী অপাম্বা, অশাউবা অমদি মাম্নবা অতৈ অতৈশিং অসিবু তশেংনমক কি। ঐখোয়না লানশং মম্নুংদা লৈরিবা রাজবিদ্রোহীশিংবু অমুক্তং জয় হেক তৌখিবদা

মপানগী অকিবশিং অসি মতোমতা লেপচখি। অকিবশিং অসি হকচাংনা কেন্দ্র ওইরগা উংচুনা লৈবনি, অমসুং মরমচুনা, মী অমনা মামী হকচাংদা ফাজিন্দুনা লৈরিবা (মুংশিবা) অসিদগী হেক নাম্থোকপগা মাঙখিগনি। অকিব পুন্নমক অসি ঐখোয় ইশাগী রাথলনা পঙথন্ থন্বা মখোঙ য়াওদবা লংলা-লংজিন্নি হায়বসি ঐখোয়না অসুম্না ফংই। ঐনা লন, ইমুং অমসুং হকচাং ফাজিল্লিবা (মুংশিরিবা) অসিগা তংনবা মতমদা, ঐখোয়গী থম্মোয়দা অকিবগী মফম লৈতে। 'Teno tyak teno bhunji-thah অচৌবা কমাণ্ডমেণ্ট অমনি। লন, ইমুং অমসুং হকচাংসি মফমচুদা, চপ হেক মান্নবা লৈগনি ; মখোয়দা ঐখোয়গী মীৎয়েং অসি হোংবা তাবতনি। মখোয় পুন্নমক অসি ঐখোয়গী নত্তে, তৌইগুম্বসুং ঈশ্বরগীনি। পৃথিবিদা লৈরিবা খুদিংমক অসি ঐখোয়গী ওইদে। ঐখোয় ইশা ফাওবা মহাক্কীনি। অদুনা ঐখোয়না করম্বা অকিবা থমগদৌরিবনো? মরমচুনা মখোয়বু ঐখোয়না ভোগ তৌন তৌন, পে ৎশিং অসিদা যাজিনবা অসি থাদোকউ হায়না উপাশিযদনা, ঐখোয়দা তাকই। হায়বদি, মখোয়দা ঐখোয়না মপু ওইবদি নত্তনা, তৌইগুম্বসুং পোৎ শিন্নচুনা থম্লিবা মী অমা ওইনা trustees) পুক্লিং চঙগদবনি। মহ ক্কী মহূৎশিনবা ওইনা ঐখোয়না মখোয়বু থল্লবদি মহাক অদুনা লাক্লিবা পুন্নমক্তগী মখোয়বু ঙাকথোকপদা দরকার ওইবা পাঙ্গল অমসুং খুৎলাই অদু পীবিগনি। মতৌ অসুম্না ঐখোয়না মপু ওইবা তোক্তুনা ঐখোয়গী খুয়া খাগী উফুলদগী হেন্না

ভোরবা মীনাই ওইনা হন্থনা লৈবা মতমদা অকিবা পূম্নমক লৈচিলগুম্না তাকখিগনি ; ফোঙদোকপা ভমগ্রবা শান্তি অদু ঐখোয়না কংগনি অমসুং Satyanarayan ( অচুম্বগী ঈশ্বর, God of truth ) অদুবু মায়োক্নবা উনবা ফংগনি।

ঐখোয়না অমম-অঙান তাইনকমগী অঙানবা থোঙবা অদুদা লেপ্লে ( চঙশিল্লে )— অযুক্কী নত্রগা মুমিদাংরাইগী ওইবা মাই মদু ঐখোয় খঙদে। অতোপ্পদুনা নোং-ঙানববু শৈহৌই ; অমদুগী মতুংদনা মুংদাংমা ইল্লকই। ঐখোয়না মুমিদাংরাই মঙালগী মতুংদা নোংঙাল্লকপগী মুমিৎপু উবা পায়রবদি অমসুং অরাবনা থল্লবা মুমিদাংদি নত্তুনা য়েরুবশিংগী মায়োক্তা মসিগীদমক্তা লেপ্পবা কয়ারকহন্ন মাঙলবফাওবদা, হনবা লৈতনা মসিবু শন্দোকপ অমসুং শীঙ্গিন্নবগীদমক্তা, লুরব মতাং অসিদা অচুম্ববু খঙবা অসিনা ঐখোয়দা দরকার ওইরকই।

ঐখোয়না নীংকুমরোমদা চঙশিন্নবগীদমক্তা অচুম্ব অমসুং অহিংশাগী লিরবা লম্বী অদুবু থল্লে, অমসুং খুরবা অমদি চপ্পবা লম্বীদা চৎলিবা মীশিং অদুনা করিগুম্বদা অরাবা তারোই, হায়রবা ঈশ্বরগা ভৌনবা করার ( covenent ) অদুনা ঐখোয়দা থাজবা অমসুং আশা পীরনগদবনি।

পাঙদবগা হেক তাইনরবা, ইশাবু নমথজবা অমসুং কিগনব লৈবাক অসিদা, ঐখোয়না কাহেন্ন থোনা লৈতে, কা-হেন্ন স্বার্থত্যাগ তৌবা লৈ................ঐনা পাম্বদি..............নোল্লুকপা, অতম্না অমদি অহিংসক ওইবা মীগী হেন্না চাউবা থোনা, মুঙাইতবা

তৌদনা, নত্রগা আয়া অমদা শোকপগী রাখল তৌদনা কাঁসি শগাই কাব ওবগী থৌনা।

ফনা চাউজয়বসু পৃথিবিগী শক্তি অমদা খুকউ নোনববু লেপ্নমক য়াদবগী হেন্না চাউবা থৌনা অমমুক লৈতে অদুগা মতুদি আত্মাগী শুভাইতবা ( ফত্তবা ) তৌদনা অমসুং আত্মাদা মরৈবা, অতৈ করিগুম্বা অমত্তা লৈতবা থাজবা অসিগী মপুংদা লৈবনি।

ঐখে য়না ঈশ্বরবু কিসি অদুগা ঐখোয়না মী কিবা লেপ-খিগনি।



(১৪)

# থাজবগী পাওজেল।

( The Gospel of Faith )

হ্যায়না ঐখোয়বু লাপ্না পুবা ওমদবা অমসুং পোৎ পুন্নমক অসি থাজবগী মথক্তা ঐখোয়না য়াবতাবা মফমদা বিষয় কয় শিং অসিনা লৈ। অদুগা থাজবনা হ্যায়বু য়াদবা তৌদে তৌইগুম্বসুং মসিদগী হেল্লি। থাজবা হায়বা অসি হ্যায়না কোল্লিবা লম অদুগী য়াংমদা লৈবা মফমদা থবক তৌবা তরুকগুবা জ্ঞানগী মথল অমনি।

নোং-সুংশিংনা নিল খোংলবা সমুদ্র কয়া লান্না ঐখোয়বু হোন্দুনা পুরিবা অসি থাজবনি, চীংজাও কয়াবু লেঙহল্লিবা অসি

থাজবনি অমসুং মহাসাগর লাম্না চোংলিবা অসিগু থাজবনি। থাজব অদো মুংদ লৈরিবা ঈশ্বর অদুবু ময়েকশেংন, পাকচাউন খঙবা নত্তন করিমতা নত্তে। অদুগুম্নব থাজব অদুবু ফংগ্রবা মহাক অদুদি করিগুম্ব অমত্ত দরকার ওইদ্রে। হকচাংদা লায়না চেন্নবসু মহাক্কি অধ্যাত্মিক্কা মশা ফরে; মপান্থোংদ লায়ররবসু অধ্যাত্মিকী লম্বু মদ য়াওন্দুন লৈ।

থাজব য়াওদ্রবদি, পৃথিবি অসি মীকূপ অমগী মনুংদা কৈসু লৈতবা অমা ওইরক্কনি। অশেংবা— থাজবা অসি লাইশোল অমসুং প্রায়শ্চিত তৌদুনা শেংদোক্লবা পুন্সি অমা লেপ্লে হায়না ঐখোয়না থাজবা মীশিংগী নৈনদুনা থেংনখিবা জ্ঞান অদু শীজিন্নবনি। মরমদুনা, থাপ্লবা যুগ কয়াদা লৈগ্রবা দুতশিং নত্রগা অবতারশিংদা থাজবা অসি কৈসু কান্নদবা অন্ধবিশ্বাস অমা নত্তে তৌইগুম্বসুং খ্বাইদগী মনুংহঞ্জিনবা অধ্যাত্মিক্কী অরাৎপা অদু মপুঙ ফাহনবনি।

থাজবা অসি হায়ফেত্তং নোং-নুংশিৎ নংলবদা খুইথখিগদবা অথোৎপা অনৌবা লৈ অমা নত্তে। থাজবা অসি হোংবদা হেক ওইথোক্কবা অচৌবা হিমালয়গী চীংজাউগুম্বনি। নোং নুংশিৎ অমত্তনা হিমালয়গী চীংজাওশিংবু মখোয়গী খোঙফম লেঙহনবা হেক ওইথোক্কে.................... নখোয় খুদিংমক্না ঈশ্বর অমসুং ধর্ম্মদা মদুগুম্বা থাজবা অদু মপুঙফানা য়োকখৎপা ঐনা পামই।

মসি কাহেঞ্জিন্না পূকচেল চাউবা অমদি থৌনাফনা খনবা য়াই, তৌইগুম্বসুং ঈশ্বরগী মিংলেন্দ অমসুং মঙোন্দ- মপুঙফানা

থাজদুনা করিগুম্বা থব্র তৌনবা থবক 'পাম্বখংলবা, মহাক অদুদি মহাক্কী মুমিৎনা লোইরবকাওবদা, 'কাম্নদবা 'থবক তৌদবসি হায়বসি ঐগী অৎেপা থাজবনি ; অমসুং ঐনা পাম্বখংলিবা থবক অসি ঐগী নত্তে তৌইগুম্বসুং ঈশ্বরগীনি হায়বসি ঐনা থাজৈ ।

**ধর্ম্ম পূম্নমক চুমই ।**

**( All Religions are true )**

ঐহোন্দা লৈরিবা রাজনীতি হৈবগী গুণ অসিনা ঐগী ম্নারেপ অমফাওবদা করিগুম্বদা য়েংশিন্নবা 'তৌদে, অমসুং রাজনীতিদা ঐ অসি য়াওবগুম উরবদি, লিলগী কৈদেক কোনবগুম্বা রাজনীতিনা ঐখোয়বু গুসি কোয়শিল্লিবা মধ্যম অসিননি, হায়রিব অসিদগী মী অমনা কয়ামুক হোৎনরগনু, নাহোকপা গুমদে । মরম অদুনা মী'তম্না থবক তৌবা ঙম্বা চহী মতাংদগী হৌরদুনা ভাব তাম্না লিল অদুগা লাম্ংনগে হায়না, ঐনা খল্লবসি, হায়রিবা অসি য়ামদ্রবদা মায়পাক্লা শক ১৮৯৪ দগী হৌদুনা ভাব তান ঐনা তৌরক্লি অদুগা হৌজিক্কি ঐনা মসি ভাব তাদে । মণ লাবমা খোংবগুম্না লুম্নবা মখোম্না ঐগী অকোয়বদা গুংলিবা নোং সুংলিৎ মরক অসিদা ঐনা শান্তি ওইনা লৈবা 'পাম্বা মশক য়াম্না 'ওইজবা থিব ওইনা, রাজনীতিনা ধর্ম্ম পুশিন্দুনা ঈশ্বরগীপু অমসুং মরূপশিংবু চাং য়েংলক্লি'। ধর্ম্ম হায়বগা ঐনা অদি থবকসে হায়বদু লান্দোরা হায়গে । ঐনা ধর্ম্ম অতোপগী মমল য়াম্না খান্না পোয়দনা লৌরিব অসি 'হিন্দু ধর্ম্ম নত্তে, 'তৌইগুম্বসুং

হিন্দু ধর্ম্মদগী হেল্লব, মী অমগী হৌনশাবু হোংহল্লিব, মুংদা লৈরিবা অচুম্বা অদুগা মী অমগা চকায়ব লেতন পুনশিল্লিবা অমম্বুং মতম পুম্বদ শেংদোকপগী থবক তৌরিবা অদুবুনি। মপুংফানা কোংলোক্পগীদমক্তা মাঙখিবদা হেনমল্লি হায়না থন্দব অমম্বুং মসিন মশাবু থেংনজ্রবা, মাবু শেম্বীরিব অদুবু খঙজ্রবা অমম্বুং শেম্বীরিবা অদুগা মশামকগী মরক্তা অচুম্বা চানব মরী অদু খঙজ্রবদি আত্মাবু মপুংফানা পোত্থাকম খঙহন্দবা অদুগুম্বা মীওইবগী হৌনশাদ মতম পুম্বদা লৈব গুণদি মসিনি।

ঐগীদি বন্দিশালাগী ধর্ম্ম অমা নত্তে। মসিদা ঈশ্বরনা শেম্লিবশিংগী মমুংদগী থাইদগী পীকপ্রবা তদুগী জাগা লৈ। তৌইগুম্বমুং মসিদা ঈকাইবা পীব, জাতি, ধর্ম্ম নত্রগা বর্ণগী চাউথোকপা চংদে।

ভারতবর্ষগী অমম্বুং মীওইবগী নোল্লুকপা মীনাই অমা ওইনা ঐনা দাবী তৌরি, অমম্বুং অসিগুম্বা সেবা অসি পাঙথোকপদা শিবা পামজে। ধর্ম্ম মচা অমা পুথোকপগী অপাম্বদু ঐগোন্দ লৈতে। ধর্ম্ম মচা অমবু য়াক্নবদা পেনব গুম্বা তশেংনা ঐগী আশা লৈতে, মরমদি ঐনা অনৌবা অচুম্বা কয়াবু পুথোকপা নত্তে। ঐনা খঙজবা মতুংইন্না অচুম্ববু উৎনবা অমম্বুং চৎনবা ঐনা হোৎনৈ। মমাংঙৈগী অচুম্বা কয়াদা অনৌবা মঙাল অম পীরি হায়না লেপ্পমক ঐনা দাবী তৌরি।

ঐনা ঐগী ইরৈবাক্তগী ঐগী ধর্ম্মন হেন্না মুংশি মরমদুনা, অহনবদা ঐ অসি হিন্দুনি মথংদা নেসনেলিষ্ট অমনি হায়না ঐনা

হায়ব মতমদা রাঙাও অসিবু চুমগদব রাঙাও অম চিংনবিড়াই য়াওদনা লৈ। মতুগী মরমদ ঐ অসি খাইদগী ফবশিং অদুদগী হম্বা নেসনেলিষ্ট অম ওইদে। ঐগী ইরৈবাকী ওইজ-ওইথকশিংগা ঐগী ধর্ম্মগীদা চপ মান্নৈ হায়বা অসি মতুন মরম ওইদুনা ইচম চম ফোঙদোক্লি। চপ মান্নব অমন, ইশাগকপু কনবন অতৈ অতোপ্পা অমদি ভারত কনবদগী হেন্ন মমল য়াম্না লোই হায়না ঐনা হায়রুব মতমদা, ঐ ইশাবু কনব অসিনা ভারতকী রাজনৈতিক নত্রগা অতৈ অতোপ্পশিং কনববু থাদোকপ দরকার ওই হায়ব নত্তে। তৌইগুম্বসুং মসিন মরম্নাই তাক্লিবদি অনি অসি পুন্না চৎলি হায়বনি।

পৃথিবিদা ধর্ম্ম অমথক্তা লৈবা ঙমই নত্রগা লৈগনি হায়না থাজবা অসিদা ঐনা শরুক য়াবা ঙমদে। ঐনা মরমদুনা, কমন ফেক্টর অমা পুথোক্লবা অমসুং অমগা অমগা য়েংননা লৈবা য়ানবা হোৎনরি।

ঐগী মরম ( ঐনা তৌরিবা থবকী মরম ) অমসুং মীওইবদ ঐনা নীংথিনা থাজবা লৈ। ভারতকী মীনা অতৈ অতোপ্পদগী হেন্ন ফত্তব নত্তে; হেন্ন ফবফাওব ওইথোকই। তশেংনমক, মরমন থাজববু মীওইবগী হৌনশাদ চুমই হায়না লোই। লম্বী অসি মমনা উদুনসু, ঈশ্বরন মসিবু ঙালহনবিগনি অমসুং মহাকী লমজিংদ ঐনা থাজরবদি অদুগা লানব লৈত্রবা লমজিং অদু য়াওদনা ঐগী পাম্নৈ লৈত্রে হায়ব অদু য়ানবগী চপচাবা নোল্লুকপা অদু ঐতোন্দ লৈরবদি, ঐগী খোঙথাং পুম্নমকপু লমজিংবিগনি।

গুণনি অমসুং মসি বর্ণন তৌবা অমদি হন্দোকপা য়াদবনি। ঈশ্বরনা মপুঙ ফাবগুম্না মীওইবা খুদিংমক 'মপুঙফাবা য়াই হায়বসি ঐনা লেপ্পমক থাজে। ঐখোয় পুম্নমক্না মপুঙফাবা পামফম থোকপনি, তৌইগুম্বসুং মদুগুম্বা মুডাইবা ফীভম অদু ফংবা মতমদা, মসি বর্ণন তৌবা অমদি সজ্ঞা পীবা য়াদবা ওইরকই। মদুনা, ঐনা, মরমদুনা, য়াম্না নোল্লুক্না, লৌরি মদুদি বেদ, কোরান অমসুং বাইবল ফাওবদা ঈশ্বরগী মপুঙ ফাদবা রাহৈনি অমসুং মপুঙফাদবা জীব ওইরিবা ঐখোয়না অপাম-মুংশিগী রাখল কয়াদা হ.ই হুমদুনা লৈরি, ঐখোয়না ঈশ্বরগী রাহৈ অসি মপুঙফানা খঙবা ফাওবদা ওইথোক্কে।

ঐ অসি সালাটানিষ্ট হিন্দু অমনি হায়না হায়বা মতমদা মরূপ-মপাংশিংনা জান ১মই হায়বসি ঐনা খঙই অমসুং মহৌ-শানা ভস্তুম হায়না মশক তাক্লবা মী অমদা মখোয়না হাপ্লিবা পোৎশিং অদু মখোংনা ঐঙোন্দগী ফংবা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং ঐসি য়াম্না চেৎশিল্লবা হিন্দু অমা ওইরগসু, ঐনা খৃষ্ট্যান অমসুং ইস্লাম অমদি জোরোষ্ট্রিয়ানগী পাউতাক্তা থাজনবগী জগহ অদু ফংই, অমসুং মরমদুনা, ঐগী হিন্দুধর্ম্ম অসি কনাগুম্বা খরদা পুন্সিবা হায়বদি অপুম্বা অমা ওইনা উই অমসুং কনাগুম্বা খর অমনা ঐবু ইক্লেক্তিক হায়না থোব্বি। ফরে মী অমবু ইক্লেক্তিক কৌবা অসি মহাক্না থাজবা অমত্তা লৈতে হায়বনি, তৌইগুম্বসুং ঐগী অসিদি খৃষ্ট্যানশিংবুসু বিরুদ্ধ তৌদবা— প্লাইমাউঠ-ব্রডার অমা ফাওবদসু তৌদ্রবা— খ্বাইদগী ধর্ম্মদা

ঙাওয়বা মুসলমান কাওবনা তৌৱ্রবা অদুগুম্বা মন্নেক শেংনা থাজবা অমনি। য়াম্নিবমথৈ পাকথোক্লা ব্যবহার তৌনবা অদুদা মুক্কম ওইবা থাজবা হায়বদি ধর্ম্ম অমনি। মী অমবু মহাক্কী ধর্ম্মদি ঙাওবা থবকশিং অদুগীদমক্তা ঐদি চৈদে; মরমদি মহাক্লা লৌরিবা মোত অদোমদগী মথোয়বু ঐনা য়েংনবা ঙোংনৈ। মসিনা ঐবু হিংহল্লিব পাকথোক্লবা থাজবা হায়বদি ধর্ম্ম অদুদি মসিনি। ঐনা খঙবদা মসি থর কাওবদি জ্ঞান মম্ব ফীভম অমনি— তৌইগুম্বসুং অতোপ্পা মীশিংদনি, ঐঙোন্দদি নত্তে।

ভারতসু নত্তনা পৃথিবীদা লৈবা— তোঙান তোঙাম্বা ধর্ম্ম চৎপা মী পুম্নমকপু— অমগা অমগা তিম্নদুনা হেন্না ফবা মীয়াম ওইনবা, ঐনা মী পুম্নমকপু সুংশিগনি, অমসুং মদু থোক্লবদি পৃথিবী অসি ঙসি ওইরিবা অসিদগীদি লৈবদা য়াম্না হেন্না ফবা মফম ওইগনি। খ্বাইদগী পাকথোক্লা ঈকাই-খুম্নবা (হায়বদি অকৈগী ধর্ম্ম হিংববু ব্যবহার তৌব) অসি ফৈ হায়না ঐনা হায়রি, অমসুং লক্ষ্য অদোমদা ঐনা থবক নোম্লি। মথোয় মশামক্কী ধর্ম্মশিং অদুদা থাজরিবা মীওইশিংদুগী য়েংদুনা ধর্ম্ম খুদিংমক্তা কুপ্পা য়েংশিন্নবা মীয়ামদা ঐনা হায়জরি। ঐগী মঙগী ভারতনা ধর্ম্ম অমত্তা, হায়বদি মপুঙফানা হিন্দু ওইবা নত্রগা মপুঙফানা খৃষ্ট্যান ওইবা, নত্রগা মপুঙফানা মুসলমান ওইবা অসি চাওখৎহনগনি হায়না ঐনা আশা তৌদে, তৌইগুম্বসুং মাগী ধর্ম্মশিং অসিনা নাকল অমমমদা অমগা অমগা চৎনদুনা, মপুঙফানা ব্যবহার তৌনদুনা লৈবা অসি ঐনা পামই।

মডৌন্টকী মথক্তা শোম্বা সারমণগা ভাগবত গীতাগগী মরক্তা খেন্নবা করিগুম্বা অমত্তা ঐনা উবা ওন্নক্তি । সারমণনা শন্দোকপা মওংদা বর্ণন তৌরিব' অসি, ভাগবত গীতানা বৈজ্ঞানিক ফোর-মুলা অমা ওইহল্লি। রাহৈ অসিগী য়ানরবা রাখল অসিদা মসি বৈজ্ঞানিকী লাইরিক অমা ওইদবা য়াই, তৌইগুম্বগুং মসিনা মুংশিবগী আইন— ঐনা কৌজবগী মতুংইন্না থাদোকপগী আইন বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা ন্যায় তৌদুনা পুথোকই। মাউন্টতা শোল্লিবা সারমণনা অওকপা লোন্দা চপ-মান্নবা আইন অসি পী। ওল্ড ( old ) গী শরুক্তা ঐভোন্দা পোকহনখিবা রাখল অদুগী মতু'ইন্না নিউ টেষ্টামেণ্টনা (New testament) ঐভোন্দা পুক্নিং লুম্বা অমদি মপান নাইদনা সুভাইবা অদু পীরম্মী। ঙসি ঐভোন্দগী গীতা মুনখিরন্নবা অমসুং মসিদা য়াওরিবা পুম্বদু কাউ-রন্নবা তৌইগুম্বসুং সারমণগী কোপী অমত্তং ঐভোন্দ। লৈরম্লগদি, ঐনা গীতাদগী তৌরিবা অসুম্না মসিদগীসু চপ-মান্নবা সুভাইবা অদু লৌগনি।

ঐভোন্দা রা অমা লৈ, অমসুং মদুদি পোৎশিংগী অবংবা মায়কৈদা উনীংবা অমদি ল'দাইগী মায়কৈ অদুবুদি উনী'দবা ; অমসুং মরমদুনা করিগুম্বা অচৌবা ধর্ম্ম অমগী অচৌবা লাইরিক অমদগী সুভাইবা অমদি রাখল শক্তি অদু ঐনা লে'থোকপা ঙমই। গীতা নত্রগা নিউ টেষ্টামেণ্টকি শ্লোক অমা ফাওবা ঐনা অমুক পুথোকপা ঙমদবা য়াই ; হিন্দু অভাং নত্রগা খৃষ্ট্যান অভাং অমনা হেন্না নীংখিজনা শ্লোকশিং অদু হন্না হন্না থীবা ঙম্বা

য়াই; তৌইওহন্সুং লাইরিক অনিসিগী তশেংবা অর্থ এনা ওসি লৌশিল্লিবা অসিদি হৈশিংলবা অঙাংশিং অসিনা এঙোন্দগী মুম্বা ওমদে।

এনা হেক উনবা মী বয়ামুক্তা লাইশোলগা লোয়ননা থিজিহা অদুগা নৈনরবা অমদি খঃরবা মতুংদ, মমাংদৈদা এনা য়ারেপ অসিদা তারম্মী, মতুদি ধর্ম্ম অপূর্ব্বসি চুম্লম্মী, অমস্তুং পুম্নমক অসিদা অরাম্বা খর মখোয়গী মন্নুংদা লৈরম্মী, অদুগা এ ইশামঙ্গীদু থাদোক্তনা লৈবা মতমদা, অতোপ্পা ধর্ম্মবুস্ত এনা হিন্দু ধর্ম্মগা চপ মান্নরা খনগনি, হায়রিবসিদগী ন্যাংগী মতুং-ইন্না তারকপদি এখোয়গী খ্বাইদগী নকপা শাগে নাত্তৈগা চপ-মান্ননা নুংশিবা ওইনা পুম্নমকপু এখোয়না খনগদবনি অমস্তুং মখোয়গী মরক্তা খেন্নবা অমত্তা এখোয়না থম্মোইদবনি।

অহিংসাগী পাউজেলগা লোয়নরবা হিন্দু ধর্ম্ম অসি এঙোন-দদি পৃথিবীগী মন্নু দা খ্বাইদগী অচৌবা মিংৎ লৈবা ধর্ম্ম ওই —এগী নুপীনা এঙোন্দা খ্বাইদগী ফজবা নুপী অমা ওইবগুম্ন— তৌইগুম্বস্তুং অতোপ্পশিংনা মখোয় মশাগী ধর্ম্মগী মরমদা মসিগী চপ-মান্ননা খন্বা য়াই।

ঈশ্বর অমদা থাজবা অসি ধর্ম্ম পুম্নমক্কী য়াম্না মরু ওইবা অমনি। পৃথিবীদা ধর্ম্ম অমত্তা চৎনরগদবা মতম অদু এনা মাওজোননা উবা ওমদে। য়াথলদি ঈশ্বর অমত্তমক লৈবনিনা, ধর্ম্ম অমত্তা লৈবা য়াই। তৌইগুম্বস্তু, তশেংনা চৎনবা তারবদি, এনা খঙজবা কনাগুম্বা মী অনিনা ঈশ্বরবু চপ-মান্ননা খন্দে।

মরমদুনা, তোঙান-তোঙাম্বা পুকচেল অমদি ঈশিং-মুংশিংকী ফীভম কয়া অদুগা চানবা মওংদা তোঙান-তোঙাম্বা ধর্ম্ম কয়ানা মতম পুম্বদা লৈবদি য়াবা য়াই।

পৃথিবীগী অচৌবা ধর্ম্ম পুম্নমক্কী মরুদা লৈবা অচুম্বা অদুবু ঐনা থাজে। মখোয় পুম্নমক অসি ঈশ্বরনা পীরকপা ওাকনি হায়বসি ঐনা থাজে, অমসুং ধর্ম্মশিং অদুবু মখোয়দা কোং-দোরম্লিবা মীশিং অদুদা মখোয়গী দরকার ওইরম্মী হায়বসিসু ঐনা থাজে। অদুগা ঐনা থাজে মদুদি, ঐখোয় পুম্নমক ধর্ম্মশিং অদুবু চৎলিবা মীওইশিংনা লেপ্লিবা মোত অদুদগী য়েংদুনা তোঙান-তোঙাম্বা ধর্ম্মশিংগী গ্রন্থ কয়াবু পাবা ঙম্লমবদি, মখোয় অসি মরুদদি অমত্তা ওইরম্মী অমসুং অমগা অমগা মপুঙফাবা পাম্বে লৌনৈ হায়বসি ঐখোয়না থেংনগনি।

ধর্ম্ম অমত্তা শাগী শক্তিনা হিংহম্বা ঙমদে হায়বা মসুং হক্তিম্না থাজবা অমা ঐঙোন্দ লৈ। ওম্ন-তৈনবদা থাঙ পায়বা মীশিংনা মতমপুম্বদা থাঙদা শি।

জাতিশিংগুম্বা ধর্ম্মশিং অসিসু খল থাদুনা ওল্লি। চুমদবা অরাম্বা নত্রগা হিংসাদা মাগী থাজবা থম্লিবা ধর্ম্ম অদু অমদি জাতি অদু পৃথিবীগী মায়থোংদগী মুৎথিগনি।

তশেংবদি তোঙান তোঙম্বা মীওই লৈরিবশিং অসিগা চপ মান্নবা ধর্ম্ম কয়া লৈ।

ধর্ম্মশিং অসি চপ-মান্নবা বিন্দুশিংদা পুনশিন্নবা তোঙান-তোঙাম্বা লম্বীশিংনি। ঐখোয়না চপ মান্নবা পন্থুংকম অদু

য়ৌরিবমখেদি তোঙান.তোঙাবা লম্বীদু চৎপদা করিবু লুবা লৈবগে ?

ধর্ম্ম হায়রগা, চৎনবী নিয়ম্মা পুল্লিবা ধর্ম্ম নত্রগা চৎনরিবা ধর্ম্ম অদুবু ঐনা হায়বা নত্তে, তৌইগুম্বমুং ধর্ম্ম পুম্নমক্কী মমুংদা লৈরিবা, ঐখোয়বু শেম্লিবা মহাক অদুগা ঐখোয়গা ময়োক্ক-হল্লিবা ধর্ম্ম অদুবুনি।

তর্কগী পম্থেংশিং।

(Limitations of Reason)

তর্কগী চপচাবা পম্থেংশিং অদু ঐনা খণ্ডনবা থেংনখ্রিবা জ্ঞাম্না ঐবু চপচানা নোল্লুকহল্লে। লাম্না থম্নবা পোৎনা অমোৎপা ওইরকপগুম্না লাম্না শীজিন্নবা তর্কদি অণ্ডাওবা ওইরকই।

রেসন্লিস্টশিং অসি থাগৎপা য়াবা মীশক ওাক্কনি, রেসনেল-লিজমনা মশামক্কী অইনা সর্ব্ব-শক্তি লৈবা ওইনা দাবী তৌবা মতমদা তমথিরবা অকিবগী মশক ওইরবা পোৎ অমা ওই। তর্কদা সর্ব্ব-শক্তিগী গুণ পীশিন্বা অসি উতূপ অমস্তুং নুংবু লাইনি হায়না থাজন্তুনা পূজা তৌবা অদুগা চপ-মান্নরবা মুর্ত্তি লাৎপগী ফত্তবগা অন্মানি।

ঐনা তর্কবু নমথদুনা লৈ হায়বদি নত্তে তৌইগুম্বমুং তর্ক অদুমকপু শেংদোক্লিবা ঐখোয়দা লৈরিবা অদুবু চপ-চানা শক-খণ্ডবদি কৈ হায়বনি।

অশেংবা অমদি মাংদবা তর্কগা মরী লৈনবা মতাংদা, চাউক্তরবস্তু শক্তি পায়বা মীগা মরী লৈনরোই হায়বসি, ঐঙোন্দদি মপুঙফানা ময়েক শেংলে।

ঐঙোন্দা অন্ধবিশ্বাস অমত্তা লৈতে হায়গসি ঐনা থাজে। অচুম্বা অসি অচুম্বা ওইদে, অচম্বা মরমদি মসি লিরবনি (মমাংঙৈদগীনি)। চিংননা মসিবু লোকমন্থ থোক্কে, মরমদি মসি লিরবনি। ইরাং-য়াংনা থাদোকপা য়াদবা পুন্সিগী নিয়ম থরা লৈ, মরমদি মথোয় অসি মী অমগী পুন্সিদা নমদুনা চৎহনবদা লুনা থোকই।

ঐগীদমক্তদি বেদশিং অসি লাইনি অমম্লুং ইদবনি। "চপ-চাবা রাহৈগী অর্থ অদু মাঙলে।" মঙাল পীরিবা অসি মনুঙগী অশে বা অর্থ অদুনি। অদুগা বেদশিংগী মনুঙগী অর্থদি অশেংবা, অচুম্বা, মরাল লৈতবা, পুকচেল চেৎপা, অচম্বা, ঙাকপীহৈবা, ঈশ্বরগী ওইবা মতীক, অমম্লুং নিপা নত্রগা মুপী অমবু পুকচেল চাউহল্লিবা অমদি থৌনা ফহল্লিবা পুন্নমক অসিনি।

বেদশিংগী অমত্তা ওইরবা ঈশ্বরগী গুণ অদুদা ঐনা থাজদে, ঐনা বাইবল, কোরাণ অমদি জেণ্ড অবেষ্টা অসি বেদশিংগা চপ মান্নবা ঈশ্বরগী বাথল অমম্লুং শক্তি হাপই হায়না থাজে.... ঐনা হিন্দুগী গ্রন্থ পুন্নমক্তা থাজরিবা অসিনা রাহৈ খুদিংমক অমদি পরেং খুদিংমকপু ঈশ্বরগী রাথল অমদি শক্তি হাপচিনবা ওইনা ঐনা লৌবা দরকার ওইহন্দে.... ....তর্ক নত্রগা অচুম-অরানগী রাথলদা মসিনা বিরুদ্ধ ওইরবদি, ফনা য়াম্না পণ্ডিত ওইরবা ব্যাখা (Interpretation) না পুনশিনবদি ঐনা য়াদে।

ঐদি লিটরেলিস্ট নত্তে। মরমদুনা, পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম লাইরিকশিং অসিগী অশেংবা অর্থদু ঐনা

খঙনবা হোৎনৈ অসিগুম্বা গ্রন্থশিং ফোঙদোক্লিবা অচুম্বা অমম্তুং অহিংসাগী চাংয়েং অদু শব্দোক্কা অর্থ তৌনবগীদমক্তা ঐনা শীজিন্নৈ। চাংয়েং অদুগা চানদবমথৈনা খন্দোকই, অমস্তুং মসিগা চানবা পুন্নমক্তা শীজিন্নৈ।

মী অমগী ৎেংনর্নাখবা জ্ঞান্না, অরোইবা লমজিং ওইগদবনি। অইখা ৱাহৈনা চিংনদনা মতেং ওই. তৌইগুম্বস্তুং মত্র ফাওবা শব্দোক্তা অর্থ তৌবা তাই, অমস্তুং য়েৎশিন্ননা অর্থ তৌনরকপা মতমদা. কংননবা ৎোংনরিবা মহাক অদুনা অরোইবা বিচার-পতি ওইগনি।

মতম পুন্নমক্তা ময়েক ৎে'লবা অফবা পোংশক হায়বা অমা লৈতে। তৌইগুম্বস্তুং ঐখোয় অসিমচাশিংদা চপচানা ৎেংলবা মরী লৈনবা অকবা লমচত্তি লৈ। অস্তুম্না. হৌদাক্কী চাং ওন্দুনা অমস্তুং হৌদাক চানবগী পাউতাক মতু'ইন্না হৌদাক চাবগুম্না, চাবা নত্তনা ময়াই কাবা মহৌ থকপা অসি লমচৎ নাইদবনি। মান্নবা অমনা, মী অমমা মশাগী সুপী নত্তনা অভোম্না কনাগুম্বী অমবু ময়াই কানা য়েংবা অসি মপূংফানা অরানবা অমনি। ফিভম অনৌমক অসি ঙংলবা তর্কনা প্রমাণ তৌরে। বিতর্কশিং মতম পুন্নমক্ত পু:থারক্রে। ঈশ্বর –লৈরিবা পুন্নমক্তা অপুন্নবম্মা লৈরিবা অনিমক্কী বিরুদ্ধদা মখোয় অসি মুংগ কনা পুনশিন্নরা ঐখোয়গী চৌংত্নন্নি। ঐগী থাজবনা ঐবু কল্লে অমস্তুং কুপশিন্দুনা লাং থাক্লিবা মথুংদগী ঐবু হৌজিক কাওবদা কল্লি। মসিনা ঐবু করিগুম্বদা বিশ্বাসঘাত তৌদে। [illegible] বিশ্বাসঘাত তৌবস্থ খঙখিদে।



